কোঙদোকচবী- প্রমোদিনী
কাকৈথেল থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল।

অহানবা নম্বা—১৯৭
কপি মশীং—৫০০



নম্ফম—আর বি প্রিন্টিং হাওস
নাগমাপাল, ইম্ফাল।

মমল—লুপা তরামঙা

# মহালক্ষ্মীগী থুংপায়শেল পাবদা

মপুন্নোইবনা হুন্দোকপীরবী থওইবিদম্নবী মুপী কয়াগী অৱাবা পূন্সীগী বারী য়াম্না থেংনৈ, কপ্পুনা পূন্সী লেনবগী অৱাবগী মুংঙাইতবগী বারীমচা কয়া মণিপুৱদস্ু মপানগী লমগী বারী কম্নাদস্ু। প্রমোদিনী দেবীগী লক্ষ্মীগী বারী অসিদি অমুক্ ইতোপ তোপই। থৌনা ফবী অৱাবা থাঙবা ঙমদবী মৈতৈ মুপীগা ওইশিল্লে, মুপানা থিনা তৌবীরবী ইকায়বা ফংলবী মুপী অমগা ওইবনে, মশাগী পীকলিভৈদগী মী উশিন্তবা শাজং থৱগনা পুনখিহ্নবা অঙকপা মুপী অমা ত্তৌবা ঙম্বী মুপী অমা ওইখিবগী বারীনি। হস্তনা থনবা ঙমদবা কম্না ঙমদবা মুপী অমগী বারীনি। লাইরিক ইবগী য়াম্না থাঙবা ঙমদবা মিন্নুংশি অমগা লোইননা ই, লক্ষ্মীবু হেক্তা হুন্দোকপা ঙমদে। তৌবা য়াবা পূম্নমক তৌই, থুদোং চাবা অমত্তা হুন্দোক্তে লক্ষ্মী মাবু হুন্দোকপীবা অচেনবা মুপা অতুগী মমাঙদা তৌগে হায়বা অমস্ু য়াওনা চপ য়ুংনা, গতি লৈত্রবা পীকলিবা মচা অমগী মমাস্ু ওইবনা শেলতনা পাঙ্গল ওইরবা সংসার অসিদা মচাগী দমক্তা ঙম্নমথৈ শেলগী মতেং পীরমগে হায়বগী চপ য়ুংবা বাথলগা লোইননা। পূমঙাও ঙাওথি লক্ষ্মী শেলগী বাখন্দা মচাগী বাখন্দা মথোংচাত্রবা সংসার অসিদা সমাজ অসিদা শেল নত্রবদি মীনা থওইবিত্রবা কাম্নত্রবা সংসার অসিদা। বারী অসি য়াম্না থাঙবা ঙমদনা থুনা ই।

রাম্নী অসি পরপ পরপ লাকশিন্না ই, লিলাদা ফিনমদা উখিবগুম হেক হৈক নিংশিংহল্লি। মশক্তি মুন্না থঙথিজ্রবস্থ লক্ষ্মীবু হুন্দোকপীবা, মুপা অতুগী মমাঙদা ভোগে হায়না তৌথোক্লকপগী ভাব অমস্থ উই। অশেংবদি মচাগী রাখন্দগীনি। পেন্নি। মুপীমচান্নি হায়নিঙই"। পূর্ণা অসি কপ্পনা ঙাক্তা লেনগদবা নত্তে। অশাওবস্থ তৌবা ওম্বস্থ উংকম থোকই হায়বা রাখল অমা পোকলকই। পৃথিবী অসিদা মাঙথীবা লাকপা নত্তে কপ্পা লাকপা নত্তে। মপোক কয়াগী পাপনা কর্ম্মনা পৃথিবী অসিদা ঐথোয় রানা থৌনা য়াওদনা মীশোন ওইনা হিংগদবা নত্তে। কন্নিগী থাগৎলোই লক্ষ্মীবু কন্নিগী হেক্তা হুন্দোক্কদগে লক্ষ্মীবু। সীতা সাবিত্রী ডাক্তগী নত্তে পৃথিবী অসি হায়নিঙই। মথল মথেলগী পৃথিবীনি মচু মচুগী পৃথিবীনি হায়নিঙই।

সমরেন্দ্রা

# মহালক্ষ্মীগী খুংপায়শেল

## ( ১ )

( নিউ কাছার রোদকি লম্বী। নুংবা য়োরমদাই। শোড়োক্কী চিদাই অমদা মী ২ অমনা রামধন অতোপ্পা অমত্তুনা চন্দ্রসিং। মখোয় অনী ফিনা পাকথন খন মখাদা নুং থুগাইরি ব্রাবী শানা শানা। )

রামধন—ইবুংঙো চন্দ্র!

চন্দ্রসিং—ইবাই।

রাম—ঐখোয়না থবক শুবা লাকইসিবু ফনদি কুইরম্মনিনে হা।

চন্দ্র—থা অমরোম ফারম্মনি ইবাই। য়ুমদা অমুক্তদি য়োরুবনা চুম্বা ঙাংনি।

রাম—অং য়োরুবা চুম্বনি। ঈ পাউ অমত্তসু পীখিদবনি না নুংশাসু থীনরম্মনি। হৌজিক কাল অসিনদি মতম ফংনদ্রেদো। নিংঙোল চাক্কৌবা অসিনগা নকশিল্লকপসিদা ইবাইসু ভাব ইত্তা তাদ্রেনহৈ।

চন্দ্র—ঙসি নোংমা নীনিসিগী মমুংদা অমুক্তং য়ুম য়োক্লনবা ত্তৌসিনে ইবাই।

রাম ফৈনে, অত্তুদা ঠিকাদার অত্তুনা হল্লক্তবসিদা। ঐখোয়বু চেঙ চাকসু লৈরম্মরোইনে হা।

চন্দ্র—চয়া অনী অদুমদি চাবা ওকথিনি।

রাম—মানা হেক মহল্লক্রুবদি ঐখোয়বু কমদৌ তারিবগে? শেল পুদনদি য়ুমদা কমদৌনা চংঙ্গদগেদো।

চন্দ্র—মদুমক্তু য়াম লুরিবা য়াফম্নি।

রাম—অঙাংমুবী ময়ামদুনা ঐখোয় হুল্লকপা ঙাইরমগনিদো শেং চাদবৈ। নিংঙোল চাকৌবা হায়রা কুম অমগী মঙ্গৎদা অমুক্তা থোকপনিদো।

চন্দ্র—অদুবুদি ইবাই করি হায়রুনি নিংঙোল চাকৌবা হেক নোঙানবদৈ মথং চহীগী কৈদৌঙৈনো করি মুমিৎতা তাবগে হায়দুনা নিংঙোলশিংনা মখুৎ থেক পাদুনা লৈনরিবনিদা।

রাম—চন্দ্র ঐনা শাওনীংলিবসে ঠিকাদার অদুবুনে। মানা ঐখোয়বু থোক তৌদুনা হুংচিং নত্রগা মশেম শোয়দনা লাক্কে। বিল কায়বদা মতম থর চঙগনি নত্রবদি হয়েংমক চঙলকপা য়াবনি। মানা হায়রম্বু সি নত্রাও?

চন্দ্র—মদুমক্তি ইবাই মানা হায়রম্বদো।

রাম—অদুগবু মানা চৎত্রিবসি থা মথায় অমরোমদি ফারম্মনি হায়বা।

চন্দ্র—ফারে ইবাই ফারে।

রাম—ঐখোয়গী লাইবক মতাসি থঙদে করিনো? নোম্বস্তু নোমপ্রে, শুপ্রে, লেপ্পা লৈতে পোৎথাদে হায়বা। অদুগা চাবা ফাওবা কোয়নদবা।

চন্দ্র—ইবাই মীগী মচাদি শুকনোম হেক নোমদনা শেল পৎপায়দা পায়সে।

রাম—খঙদেদা ইখুংঙো।

চন্দ্র—নিংঙোল চাকৌবসি নকশিল্লক্লেদো ঙসি নোংমা নীনিতা মঙাইরে। ঠিকাদার অসিনা ঙসি হয়েংসিদা মরাক্তবাদি ইশেন ইবাইবু কমদৌবা তারিবগে হায়বা?

রাম—হায়দোক্তবগী রানি ইবাইস্ন অহীং তুম্বা য়াত্রিবনে। ইচা নিংঙোলসু অমথক্তনিদো। কুম অমগী মমুংদা অমুক্তা খোকপা খোদোকনি হায়বা নিংঙোল চাকৌবা হায়বসে। মমা অচুনগা মীরোন থুংদবনে ঐবু অমুক তোইবা লোইরম্মনি পোরোক শোন্দুনা। লায়রবা হায়বসে তোনদি তোনগ্রেদকো চন্দ্রো।

চন্দ্র—ঠিকাদারসি থিক্তি হাকমনগ্রেদা। মাগী থবক শুরুনিদো হায় লাক্লিবা ঐথোয়স্নে অঙকপনি। এডভান্স থরা য়াম্মা লৌরম্মসু ফদবা।

রাম—মচুস্ন তৌহৌগ্রেদনা। ঙসি হয়েংসি ঙাইবা হায়চুনি।

চন্দ্র—ইবাইনা মুমিং চুপ্পগী ঙসি হয়েং হায়চুনতা মরৈ। অহলনি কৈদোগে চৎনবা য়াবা বুদ্ধি অমতসু মপুখোরকউ। নিংঙোল চাকৌবসি হংচিংনি হায়বা।

রাম—ঙসিসি মানা মরাক্তবদি ঐখোয় অনী নিংঙোল চাকৌবা য়াওগ্রেনে হা।

চন্দ্র—ইবাই ঠিকাদারশি ওসি লাকখবা মাঙ্গেম্বো খুবিংদু কুম্না থেংজিল্লক্লে।

রাম—ইস্কাল্লোমদগী লাকদবা গাড়ীবু লোইশল্লাও।

চন্দ্র—লোইখ্রে। গাড়ী মপীং শুরে। জিরিবানরীয়া ইকোয় কোয়া চংখি। ঐগু মুয়া য়েংখনি মহাক য়াওয়কপা উদে।

রাম—মাবু মরক মশক্তসু জীব গাড়ীকা পুস্থুনা লাকপদাইনে।

চন্দ্র—জীবপু ওইরবসু বস গাড়ীবু ওইরবসু থেঙজিল্লকপা অসিদা থাজনকৃবা ঐখোয়বু হৌজিক করম তৌবা ফাবিবগে?

রাম—চন্দ্রো উপায় লৈতে। কুমসি চাকৌবসিদি লাইনা ইশেন ইবাইবু য়াও হায়না ক্তমখিত্রমাল্লেদনা। নচেনা চৈ চৈথুনা পুখয়া নংবরা মানা থোকপা তৌজরম্বা হায়থুনি। মাদু মৈতৈ চন্নুনিনা করি হায়গে?

চন্দ্র—হোয় উপায় লৈত্রবনিনা মথুদা ভাইত্রে। ইচেবুদি কংলৈপাক্কী মৈতৈ চন্নু অংশংবনে।

রাম—অথুদা ইবো ঐনা খুংগা থীবা অম্না লৈরিনে।

চন্দ্র—করিনো ইবাই?

রাম—নিংঙোল চাকৌবা হেক নোংঙানবগা মচন গনীং হৌনথুনা ঐখোয় অনীবু থিবা লাক্লবদি?

চন্দ্র- মথু খল্লবা য়াবা রাকমনি। মখোয় অনীগী মিছল মতাংগা লাক্লম লাক তোকঅরনি।

রাম—শোয়রনা লাকনি লাকনিখো ঐ চিংনৈ। ঐ খুংগাথী। নচে চন্দ্রজিনীনা খল্লমগদবসি ঐ থঙলে।

চন্দ্র—করি থল্লমগদৌরিবনো ইচেনবো ?

রাম—অদুবুরাও, নিংঙোল চাক্কৌবা ময়ানিনা পৈশা থর থরদি পায়নরম্মনি অদুনা চীংলক অদুদা শেল মুনগদবগী ঐখোয় অনীবু হাংতোকপীগ্রবনি কায় থল্লমগনি।

চন্দ্র—অং অং ঠিকাদার লাক্তদনা থুং তংতুনা চরা হেল্লমগনি কাইসি খনবিপোং নত্তেনে।

রাম—অদুদি মখোয়দি কদাইদগী থনগদগে। ঐখোয় অনী মীনা হাংগ্রবনি হায়বসিগী ভাবতা থিরক্কদৌরিবা। ঐখোয় অনীনা চাক্কৌবা থোবক্তবসি শেল লৈতদুনা তৌরিবনি হায়বা মহোয় খঙপোং নত্তে। মহোয়না শিরম্মনিদো হায়দুনা থিবা লাক্কদৌরিবনিনে।

চন্দ্র—লাকপু লাকপীরবদি ফৈনে ইবাই। ঐখোয় মরী থোকমিন্নবা নোকনা নোকনা ঠিকাদারনা পীরকপা শেল মখৈ মহোয় অনীবু পায়হল্লগা লোইরে হরাওজনবা।

রাম—হোয় অদুদা তাইরে।

চন্দ্র—তাদদি উপায়দি লৈতে।

রাম—নঙনা মীগী মচাদি শুকস্থ হেক শুদনা নোমদনা শেল পংপায়দা পায় পংমুংদা মুংঙাই হায়থিদনা।

চন্দ্র—হায়খি ইবাই হায়খি।

রাম—ঙসিদি ঐ বারী অমনা খংনীং নীংশিংলকইনহৈ চন্দ্র ইবো।

চন্দ্র—বারী নীংশিংলকলদি লীরোদনা তারসি।

রাম—ঐখোয়গা য়ুমথংননা লৈবা ওইনামগী তাধন তম্ফাজাও নঙ খঙডিদনা ?

চন্দ্র—খঙভি।

রাম—মাগী মচা নীপা অহল হোটেল ফম্মীবা কৈজ্জাও হায়বত্তুদি নঙ খঙব্রা? গঙ্গা য়াম্না থকপদো?

চন্দ্র—গঙ্গুরিদো খঙভি ইবাই খঙভি।

রাম—মাগী মুপী লক্ষ্মী হায়বী কারকা তোংবীত্তুদি?

চন্দ্র—য়াম তৌঙম্বী অফাওবীদো। অস মাদি মহা লাইহোরিনি। খঙভি খঙভি।

রাম—মখোয়, মখোয় অত্তুগুম্বত্তুনি নঙনা শূ নোম্বা তৌদনা শেল পংপায়দা পায় হায়বদো। ঙাস ইবাইনা খঙনীং নীংশিং-লকপগী রানিদা।

চন্দ্র—ইবাই মানা শেল পায়রিবঃ কার তোংভিবত্তু কমদৌরি জাংনো? মপুরোইবনা হোটেল মচা অমা তেক তেক ফম্লগা।

রাম—মখোয় অনী কারবার তিম্নদেয়ে।

চন্দ্র—হোয়নে, ইবাইদি য়ুমলোম্নবনিনা মুম্না কুপ্না খঙবিরমগনি। মাদি মুপী অমা ওইবগী শিন অনতম্মু পায়দে। ফিশা লোনশান্নু তৌদে, লুকমাই পানবম্নু নত্তে, দুকানম্নু ফমদে। লমজাও শোরোক্কা হঙ্গং হন্দা চৎপা নত্তনা।

রাম—লুকমাই পানবিনবু কার তোংভি হায়ব্রাও? মাগী রারীদি রাময়ন মহাভারততগী হেম্না শাংভিনে।

চন্দ্র—অস তানীংব্রেদা!

রাম—মাগী রারীবু নঙবু তানীংব্রনে?

চন্দ্র—তানীংভিবো? করিগী তানীংঙোইদৌরিনো? তানীংভি।

রাম—নঙনা তানীংলবদি ইবাই লীরগেকো।

চন্দ্র—ইবাই।

রাম—ঐ কাছারদগী হোংলকপনিদা। ঐনা মহোয়দগী হায়বদি তাধন তম্ফাজাওদগী ইংখোল মচেৎ অমা লৈদুনা লৈবনি হায়রবা।

চন্দ্র—ও ইবাইনা হৌজিক লৈরিবা ইংখোল অসি মখোয়দগী লৈবা ওইরে?

রাম—আ কাছারদগী হোংলকপনি কা হায়দুনা তাধন্না মুংশিবিদুনা পীবিবা জাৎনিদা। য়ুমথংননা লৈবনিনা ঐনা মখোয় ইমুংগী রা য়াম্না কুপ্না খঙবগী রানিদা।

চন্দ্র—অকুপ্পা মীনা খঙনদবা রারী ময়ামদুনিনে নশেন্না তানীংলিবসে।

রাম—চন্দ্র মীগী মরাইবক হায়বসিমস্ত অঙকপনিকো।

চন্দ্র—অঙকপনি ইবাই।

রাম—নঙনা খঙনীংঙি তানীংঙি হায়রবনিনা ইবাই লীরগেকো।

চন্দ্র—লীবিরো ইবাই।

( ২ )

(পীকতকপা কৈথেলনি কয়া চাউদবা। পোৎ জাৎশুনা ফংঙি। দোকান কাগুপ লৈ। পরেং অমমমদা দোকান তরামুক লৈ। দোকানশিং অদুদা পোৎ জাৎ শুনা য়োল্লি। ইনশাং

য়োনফমদা ইনশাং নাপি মনা মশীং খোংক্রম মাইরেল য়োল্লি পরেং পরেং। পরেং পরেং শানা ফমলি ভায়োনফমস্থ অহুমগাই। পীকচরবস্থ পীকনা পোৎচৈদি জাৎ শুনা অহুম মফংশি। অমুক কৈথেলনি। )

তোলৈ—হায় ময়াং মুপা নমিং করি কৌই হা ?

উলুপ্রসাদ—ঐগী মিংবুরাও ?

তোলৈ—নত্তদি কনাগী ওইনি হায়গে ?

উলু—ঐগী মিংদি উলুপ্রসাদ।

তোলৈ—হায় উলু মসি মুপী কৈথেলনি হায়বা নগ খগুব্রা ?

উলু—খগুভে করি তৌরবগে ?

তোলৈ—খগুবদি নপোৎতু য়োমশিল্লগা চৎথ্রো। সিদনে পোৎ য়োনবা য়ারোইকো।

উলু—করিগী য়াদনি। নখোয়না য়োনদবা পোৎনিনা ঐনা য়োল্লিবদি। হরাই থারাক্কে হরাই থারাক। নখোয়স্থ কেজ্জি অমমম লৈতুনা চাওও।

তবোপী—করি ? নগনা মুপী মরক্তা ফৌমান য়াল্লরগা কৈনো হায়জশারিতুবো। ঐখোয়দি নগগী হরাই থারাক্তু চানীংদেনে খগুব্রা ইবুংগো। চৎথ্রো চৎলু হৌজিকমক।

উলু—নখোয়না চানীংব্রবস্থ তোকউ লৈগস্থ মীগোন্দ য়োনগে হায়বকো।

তবো—নগনে ফজনা হায়রিঙৈসিদা চৎচহৌ নত্রবদি নপোৎ নচৈকাহু খোংবাল য়ৌখিহুনা অরেম্বদা মাগ তোকচনি।

তোলৈ—তবোশী মসি মমায় ওস্থোক্লা কনশ্রে। তাশিন্নদনা হৌজিক-ফাও লৈরিনে।

তবো—ময়াং তাৎনি ইচে। ঐখোয় ময়াম চঙহুনা মাগী পোৎসি হেক্তা চাইখাইসি। নত্রগা স্নুপয়োম য়োমশিল্লগা খোংবাংদা লংথসি।

লাইবী—হোয়নে মহুনা ফবা তারে। অমা অনীদা চোংথোকপদি অততাই মানখিনী নখোয় ময়াম হৌগৎলকউ মসি তানসি লাউ।

তবো—হোয় ইচে। লাকও নখোয় ময়ামস্নু।

( কৈথেল স্নুপী ময়াম হোৎচিল্লকপা। উলু মাগী মপোৎ মচৈ য়োমশিল্লগা চেনখিবা। অহুগা অমুক কোয়েং য়েংলগা ঙায়োনফম পোৎলক্তা মাগী হৱাই থাল্লাক ময়োমহু অমুক থোকলুবা। মফমহুদস্নু ঙাঙোনবী ময়াম্মা চঙবীরকনু হায়হুনা তাল্লকপা। )

উলু—নখোয়গী লৈবাক অসিদি মতৌ অমনি। স্নুপী কিজৈ, থোনা য়াম ফৈ। ( চেনখিবা )

লক্ষ্মী—ইচে নঙগী উকাবী অসিবু কয়া কয়া হারিবনো?

শংলেন—ইবেম্মা খুৎলাম থামনি লৌ লৌ। অমমমদা মঙা মঙানি। পুম্না লৌবিগে হায়রগদি মরী মরীহু হেক তৌবিরো।

লক্ষ্মী—সে সে খুলাম থাম কৌরো। লুপা ১০০ চৎপীনিকো। চামাগীদি উকাবী কুনমঙা থোকলেদনা। খরা খরা চাউবা

খনবীরকউকো। সিমদি পীকমল্লে খরা চাউবা অমা ওনবিরকউ।

শংলে—সে সিনা খরা চাউব্রা? (মী ময়ামসু ওমশিল্লকই ঙা লৈগদগী)

লক্ষ্মী—অপীকপা অহুম মরি য়াওরেনে সিদি। সে সিতগা ওনবিরকউ। (হায়রগা মীরৎ নারুৎ য়েংলগা উকাবী মঙাখক মাগী থাওদা হেন্না হাপচিনবা। ঙা-য়োনবী অহুদি উহৌদে অতৈ ঙাংনরিডৈদা। য়োনবা লোইরে। ঙ'য়োনবী অহুনা শেল পাবদা উকাবী মঙাগী শেল হোরে।)

শংলৈ—চংলৈ!

চংলৈ—হাওনে। কৈনো?

শংলে—ঙকপ্রেদা সুপীদো।

চংলৈ—ঙা লৈখিবা সুপীহুরাও?

শংলে—ঙসি ঐঙোন্দগী ঙা লৈখিবা সুপী মাতনি। উকাবী অচঙবা ফ্রংফ্রং চোংঙিবা মঙাখক মানা হুপ্রে। উকাবী অমমমদা লুপা মরি মরি চিংইবনে। উকাবী মঙা অহুদি লুপা কুন থোক্লেদনা। চেঙ কিলো মরিদি বানবা ওকনি হায়বা। খুলাম থামনি হায়তুনসু য়েংসুয়েংবিগ্রিবনি। অহুগবু মানা।

চংলৈ—মাবু লুপা কয়াই ঙা লৈখিবগে?

শংলে—লৈববুদি মা লুপা ১০০ গী লৈখিয়ে। লুপা ১০০ গী লৈবদি পংয়াও য়াওদেদো চাকচা হৈজানবা নত্তনা। মানা ঙা অপীকপা য়াওই হায়তুনা ওম্মোক ওনশিন শিন্দোক

শিজিন খয়া তৌখিয়ে। মতুদা মানা শুবিথা লৌখিবনিদনা।
মানা হুদনা কনানা হুগদগে হায়মি?

চংলৈ—হুৎমনি মুপীদো। মশক্কো হুয়ান শক্তা হেক তারদনা।

শংলে--খল্লু খল্লুয়গা খোয়দৌসে সুম শাওগৎলকইকো ঐ। মানা ঐখোয়বু ওস্থোক্লা লাকচনা তৌগ্রেইমি। ঐখোয়বু লৱাইগী ভাযোমবীনি কৈস্থ খঙলোই সিনিনে মা তৌজশারিদো।

চংলৈ—ইচেবু মুপীহু নশক খঙব্রাও?

শংলে—খঙি কয়ি খঙদনি হায়গে।

চংলৈ—কদায় লৈগে মযুম্বো?

শংলে—তু অসিদগী থোঙ্গাল অসিদা চঙলগা লৈবনি।

চংলৈ—অহুদি ইচিন ইনাও চংলগা হেক্তা ৱাফংনকুরসি। হৌগৎলো চৎসি। ঙা য়োনবস্থ লোইরেদনা।

শংলে—মহুনা ফগদমাল্লে। হোয় হোয় চৎসি ঐ হৌগৎলে। হে সত্য সত্যনা স্বাথী ওইসম্থ মানবু লৌদে হেক মহায়-রক্কবদি মশম খুদাং য়েৎ হাইগে। পৈশা পীয়ু য়াদ্রগনা শুৎ পেল্লা তপতামখৈ ফুহুনা খম্বীরম্নগা লোইরে।

চংলৈ—অহুনি অহুনি ইচে, অহুনি তৌগদবা। নোংমস্থনে ইচে, ঐনে ময়ামদা ইচেহোয়দা হায়দোকপা ইকায়হুনা তম[illegible]ব-নে। মসিগী মুমদা লৈবী মুপীসিননে ঐগী ঙাক্তা অচোবা ঊমা ছুখিয়ে।

শংলৈ—কমদোন:? তম্মুনে ভাসি।

চংলৈ—মুমিৎতুদা মা ঐঙোম্বগী ঙাক্কা খয় লৈথি হায়বা।

শংলে—কয়াগী লৈরিবা।

চংলৈ—লুপা ৭৫ গী।

শংলে—মাদি শেনফম চাউনা চাউনা অহাওবা অহাওবা ঙা লৈনে। অদুগা মানা ঙা হুরিবসিনা কমদৌরি জাংনো।

চংলৈ—ঐঙোন্দগী হুপ্রিবনিনে। ঐ তম্মকখিগে তাউ হায়বা। সুম তৌয়ে মানা ঙাক্রাদু লৈবগী শেল তরা চংপী মঙা চংপীশিংদু শেগায় তুথায় য়াওব্রা য়েংঙু হায়দুনা ঐনা শেলদু খান খান্দুনা য়েংলিঙৈ মানা ঙাক্রা অচৌবদু মাগী খাউদা হানচিনখিবগী রানিদা।

শংলে—নঙদি করিমতা উহৌব্রবা?

চংলৈ—কদায় উহৌনি হায়গে হুরানবীনা মীরং নারং য়েংদুনা লৈরগা হুখিববো। ঙহাক লৈরগা মা চংথ্রবা তুংদা য়েংঙুবদা ঐগী লুকমাইদা ঙাক্রা অচৌবদু য়াওরমদবগী রানিদা। ঙা ভিক্রুবগী লুবাক হেক থাবগা মীনা পুময়োম হেক য়োম-শিল্লিদো মদুদা ঐসু ভ্রম তৌরবা জাংনি।

শংলে—হুরানবীদুদি মাদুগুম্বা তানজা য়েংদুনা লৈরমনি। কাম্নদে চংসি ইচিন ইনাও হেক্ত।

চংলৈ—লাকও লাকও ইচে।

(শংলেন অমসুং চংলৈ অনীদু খুদাং খুদাংদা শেঙ্গাও শেঙ্গাওদো চেংনা কি, ফনেক কৌরপ শেং, খ্বাংজেং কম্না লাক লক্ষ্মীখোয়গী ময়ুম তম্না চংখি। অদুগা লক্ষ্মীখোয়গী থোঙ্গালদা হাইজিনখি।)

( ৩ )

( তম্ফাজ্ঞাওগী য়ুম। মহাক ফক অমদা কম থৌরি তাহ্না লৈ। মনাক্তা হিদাকক্সু অমস্থ খিল্লি। ময়ক ময়ক্তা মাগী তোংজৈ অশাংবন্থুদা অমুকমুক চিংলি প্রোক প্রোক। তম্ফাজাও লক্ষ্মীগী মকুবো'ক্ল। )

শংলে—করিগুম্বা অমতা হংজগে ?

তম—করি হায়গে ? ইবেম্মা খোয় লেঙঙপবো ?

শংলে—হৌজক্তা সোমদা চঙখিবা মুপী অছুবো ?

তম—সিদদি কনাস্থ চঙ্ঙক্কেনা।

চংলৈ—তৌবিন্থুদা অহনথংদা।

শংলে—খুড়াগী নচারা নমৌবা ঐঙোন্দগী লুপা ১০০ গী উকাবী অচঙবা লৈখিনে। শেলছু খয়া চেয়রে অমুক্তা চমথোক্লগে তৌবনে খুডা ?

তম—ঐগীদা লৈবদি লক্ষ্মী মতোমতনি। ঐথোয়গী লক্ষ্মীবু ওইবা তারে ইবেম্মাহোয়না হংলিবসি। মাদি ঐগী ইমৌনি। মাদি হৌজিক্তা কৈথেল থোকখিবনি। লৈতে।

চংলৈ—হৌজিক্তা থোঙ্গাল অসিদা চঙখিবন্থবো।

তম—পোৎ য়াংলম্মে হায়তুনা হৌজিক্তা অমুক থোকখিবনি। লৈতে।

শংলে—অচুম্বরা খুড়া ?

তম—অচুম্বনিনে ইবেম্মা ! লক্ষ্মী কৈথেলদগী হনজিলক্তি। ঐনবু ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলবসিদবু ওইদবা য়া ঙাংগদয়াও ?

শংলে—উকাবী মঙানিনে মানা হুঃখ্রিবা। চন্দ্রামুখী হুরানবী তৌওম্বীদো। (কপ্পা)

চংলৈ—লাকও চৎসি ইচে। কান্নদে। অউবা থেংনবা মফমদা মশোক লাক চবান থারগা লোইরে। মকুবোক্লা মগৌ থাদোক্তুনা হুরালহল্লগা কদায়দগী ফাবা ফংলগদগে ? তান্নবা ফংঙরোইয়ে ইচে মকুবোকসে হেক লৈরিখোইদি।

শংলে—ইবেম্মা মহোয় মুংঙাইবা য়ারোই। উকাবী অচঙবা ফ্রুং ফ্রুং চোংঙিবা মঙাবু। ঐখোয়বু লরাই মচানি ঙায়োনবীনি হায়তুনা উশিত্রিবনি উশিত্রিবা ঐ থবাই মুংঙাইতে।

চংলৈ—চঙখিবদা মঙায়রি অদুগবু মকুবোক্লা হল্লক্তি লৈতে হেক্তা মহায়রকই। অদুদবু করি উপায় লৈরিবগে। মকুবোক্লা হুরানহনবা নত্রাও ?

শংলে—তৌওম্বী অফাওবী হুরানবীদো মথীবোংদু পৎতুনা হেক মাংসন্নু।

চংলৈ—মাগী মমিংদুবু লক্ষ্মী হায়বা মকুবোকী লক্ষ্মী ওইবা তারে।

(শাও শাওত্তুনা ঙাংনা ঙাংনা ঙায়োনবী অনীত্তু থোকথি।)

তম—কয়াদা চোপ্পবনো হায়বা। ঐনা লৈবাক কুমহৈ ওইবা তারে হায়তুনা লৈতে হায়না খুম্বীবনি। লৈতে হায়বত্তুদা ঙায়োনবীদু কপতুনা হনগ্রেদনা। কয়াদি মুংঙাইখিদ্রেদো। অহনথংদা ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলবা কানসিদা ওইদবা মীনম্বা ঙাংলবনিনে ইমৌ লক্ষ্মীগী কৃপা ফংতুনা। ঐবু পাপলা পুন্যরা খঙদ্রে। নাম শোনবগী কান্নদ্রে, লাইরিক লাইশু

তাবগী মহয় ফংদ্রে। করি কান্নরিবগে হায়বা। হায় নাঁপামচা ফৈজাও! ফৈজাও লৈত্রাও?

( ফৈজাও য়ু ঙাওদুনা তুরোই ঙাম্নোই থোরকপা )

ফৈজা—লৈজে বাজি!

তম—লৈরবদি সিদা পোরকউ লাউ।

ফৈজা—করি হায়গে বাজি?

তম—নঙ মুপীসে খাইনথ্রো চৎলু হৌজিকমক মপামদা থিনদোকউ। য়াদ্রগনা ঐ কদাযদনো অমা চৎখিবা হায়দুনি।

ফৈজা—করি ৱানে বাজি। ( য়ু ঙাওদুনা চুম্না লেপ্লা ঙমদবা ) বাজিস্থ চৎথি লক্ষ্মীস্থ মপামদা থিন্দোকউ ঐদি কনাগা য়ুমসিদা লৈহৌগনি। ইত্তোমতা লৈহৌবসিদি ঐ সুকঙম ঙম্নোই হায়রিসিনী।

তম—কৈনো নঙ অমসু অয়ুক্কগী য়ু ঙাওরব্রা?

ফৈজা—ঙাএজদে বাজি। নচা ঙাএজদে। চাক চারমদাইগী পেক মচা অমতং চাবা তুম্নবা হায়দুনা।

তম—হরে কৃষ্ণ, বিষ্ণু বিষ্ণু। করি ত্তৌনি সিদি। ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে। বুদ্ধিকা ইক্কক ফকচিনখ্রনে ত্তৌরিসে। অমনা হুরানবী অননা য়ুঙাওবা। নোংমতা কাংদে হায়বা মী লাক লাক্কুনা পাহোম্মরিসে। হা অহু ত্তৌরে অদা ত্তৌরে মুংশি হায়দুনা অঙাং ঙম্মোক পীজরগা থেমদুনা পুথোকখ্রগা মরীক থৎপীখ্রে। অহুদগী শেল অচোইবা কায়রগা মপুম

ঙীরমদনা চৎগে্র। নতে ঐবু লৈকাইসিদা লৈবা ইকাইরে হায়বনি।

ফৈজা—ইকাইরুম্মু বাজি ইকাইরুম্মু। নরাইবক্কীমি নরাইবক্কী। লাইবক্লা তম্নকপা হায়সে খেৎতোকপা য়াবা নত্তেকো বাজি।

তং—নঙ মতোয়নরা নঙ। নঙনে ক্ষুরক্তনা তোক্লরনি। তানীংদে চৎথোকগ্রো চৎলু।

ফৈজ—করিনো বাজি! নচাবু থোরকউ লাউ হায়বিহুনা থোরক্লগা চৎগ্রো চৎলু হায়রিসিবো। নচানা লাক্কে লাকচবরাও বাজিনা কৌবগী লাকপনে।

তম—ঐনা মুপী অসিবু ঐগী ইমৌ ওইনীদো হায়তুনা হায়রুরিবা ঐসে লানখেদা সত্যা। ফৈজাও নঙনা মরোল অমা মুমিং চুপ্পা য়ু ঙাওহুনতা লৈবা।

যৈজা—তো নমৌ মুপী থোবক্লে। থিনদোক থিজিনগী রাদো নমৌমুপীগা বাজিগা ঙাংনহৌরো। নখোয়না থোকপা তৌহৌরো। লক্ষ্মী থোরক্লবদি ফৈজাও চঙবা য়ারে হায়বা। ঐ ইমুংদা চংঙে। চংঙেকো।

লক্ষ্মী—নমৌনা লানবা ঙাক্তনি ইকুবোক! নমৌবু ঙাকপীয়ু। ঙায়োনবী লবাই মুপীহুনা কাউবা ওইরিনি। লরাই মুপীহুনা শূমাঙদা লেপতুনা লাউরম্বদো ঐস্তু তাজে। মানা লানবনি ইকুবোক। ঐনা লুপা চাম্মা চৎপী অমা থাদরগা উকাবী অচঙবা ২৫ লৈজরকপনি। চাকখুমদা খুৎ থাদোকপা য়াদবা মতাংগা থোক লরাই মুপী আক পাক নাইদবী আ লরাই

লৌথ।ওদগী কারকপী অতুগা চিনদা পাউদানতুনা খৎন-নীংদবা। ইকুবোক্কী মায়স্থু য়েংদবা য়াদেদো। অত্নুনা নমৌ থোকচরক্কবনি।

তম—অং অং হায়রু হায়থরকউ। লাইরিক্কা খর হৈজররবদি উকিলকাক ওইবা য়ানি মসে।

লক্ষ্মী—ভায়োনবী অতুগী মচিন কাম্বগী হায়রুরবদি মথাক্তাইত্থু ওর-ওর খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাজিল্লগা মঙক লাক্লা কোম্হোং রাংমা লাম্না ইল্লম্বা য়াবনি। পারগা মাগী শেল হোরিদো অত্থুম মরৈরনগনি। কোরদি মা ইবু ইকায়রমগনি হায়বা মচিন থীদোকলুবগী। লবাই মুপীনিনা শেল পাবস্থু হৈরম্মোইনে। মবুদ্ধি মরৌশিংস্থু য়াওজাৎ নত্তেনে ইকুবোক রারৌবিরুস্থু।

তম—ইয়া য়া বয়াদা তৌঙমগ্রবনোসে !

লক্ষ্মী—ইকুবোক চাইথনবত্থুম তৌবিরো।

তম—মানা পুমচুম হৈক চুমগ্রেনেসে। ঐথোয় পুন্নমক্লা লানবা তারবা! আ হৈদি হৈদকো ইবেম্মা নর্ওসে ভাংবা শকপদি।

লক্ষ্মী— ইকুবোক চাইথনবা তৌরসে। চাক লোইরে ইংগ্রনি। লুক হাবত্থুম ফরনি। চন্দোল লাইপোৎকা ভম্না থাংদোক-চরম্মবনি। সে সিদা খুদৈগা চাইতেঙ্গোৎক লৈজরে।

( তম্ফাজাও ইরুজবা চৎগ্রে। ইরুজবা লোইদুনা লাই খুরুমগ্রে। লাই খুরুম্বা লোইরগা চাকথুনংদা চাক চাব চঙগ্রে। )

লক্ষ্মী—ইকুবোক সোমদা সোমদা। সিদা কাল অসিদা লেঙ-শিনবিরে।।

তম—( চারমদাইগী আচমন তৌবা ) জায় কৃষ্ণ। লক্ষ্মী করি ইনশাং থোংঙি?

লক্ষ্মী—ইকুবোক্না হানীংঙি হায়বত্তুদা আলু অনৌবগা য়োংচাক্না অমা ইরোল্লে। ঙরাংগী শারেং ঙারেনস্থ য়াওখ্রি। উকাবী অতাউবা অমগা। হঙ্গাম পেন্নে চমফুৎস্থ তৌজরি। হাববু য়াগদব্না কৈনো।

( তম্ফাজাও চাক চাবগী মখোল। চাবা লোইরে। খুৎ হান্বা চিন তেংবা থোক্কদবৈ হৌগৎলকই। কৈজাও চঙলকই। )

কৈজা—বাজিবু চাক চাগ্রবরাও?

লক্ষ্মী—চাগ্রে।

কৈজা—ঐখোয় বাজিদি ইনশাং মতাত্তুদা পুংতে তেরম্মনি হায়বা। ইনশাং অহাওবকা মথেল লুকোই তৌত্তুনা চাক পুক থল্লা চারবদি অশাওবকাস্থ নেমথরম্মনিকো। লক্ষ্মী থিন্দবস্থ য়ারেকো। লক্ষ্মীদি লক্ষ্মীনে বাজি মা চৎহনখিবা য়াবা মুপী নত্তে। চুম্ববুদি ঙায়োনবীত্তুনা চুম্বা জাৎনে। অদুদা লক্ষ্মীদি শেল য়াওরবস্থ য়াওদ্রবস্থ হুবগী হৈনবীত্তুনা হেক্তা হুনীংঙকপনে। উকাবী মঙাদো শোয়দনা লক্ষ্মীনা হুত্তুনা মাগী থাওদা হাপচিনলমগনি।

তম—মসিনা অমুক কারল তৌরকইবসিনা কদোমদগীনো।

( ৪ )

( খ্বাইরমবন্দ কৈথেল। অৱাং দোকান। পল্লাবীনা ফম্বা দোকান হাইকেৎ চাউনা ফম্বা দোকান্নি। মী য়াম ত্তিল্লি। পোৎ লৈবা লাকপা মীনা চিকনা চাইনবা ঙমদে। মীরক অদুদা লক্ষ্মী চঙল্লকই শেল অচোইবা কায়বা। )

লক্ষ্মী—বাবু লুপা ১০০ সিদগী অচোইবা কায়জগেবা।

অবতারসিং—য়ানি যানি লৈ।

লক্ষ্মী—বাবু তরা চৎপী ঙাক্তা ওইরবসু য়াই অদুগা মঙা চৎপী খর য়াওরবসু ফৈ।

অব—মঙা চৎপী য়াংখৈগী, তরা চৎপী য়াংখৈগী সে য়াব্রা ?

লক্ষ্মী—য়াই, যানি বাবু।

অব—সে শুরবরা য়েংঙু সে।

লক্ষ্মী—থীজগে বাবু কদায়নো ? ( অবতারসিংদগী শেল লৌই লক্ষ্মীনা। শেলশিংদু অমমমতা ওইনা থীদুনা য়েংই। মীরৎ নারৎ য়েংঙি ১০০ চৎপী নোট অদু অদুম লক্ষ্মীনা পাযদুনা পুথ্রে। )

অব—হৌজিক্কী মুপী ঐগী ইনাক্ত ফমলম্বী অদু থোকপ্রবরা ?

রঘু—থোকখ্রে বাবু।

অব—কদায় য়ৌথ্রবগে অমুক্তা থোক্কুনা য়েংঙু চো।

রঘু—( কি য়োনবনি। ফমফমদগী হৌগৎতুনা থোকখি। কোইয়েং য়েংঙি। ) বাবু মুপী অমতা লমজাওদা চপ্লে। মুপীদুসু আ য়ৌথ্রমাল্লে মশকা অমতা উখিদ্রে।

( অসুম্মা ১০০ চংগী নোট কায়বদা মমিং ছাইফেৎ লৈরবী লক্ষ্মীনি। ওসি ফাওবদা মাবু কনামতম্মা ফাবা ঙমদ্রি। অবতারসিংমক্কী কায়থিবশু অহুম মরীরক গুরবনি। অবতারশিংনা মত্বুদগী মহাক্সি ( লক্ষ্মীসি )মীতা করম্বা মুপীনো খঙখি। হায়দোক্কনা লক্ষ্মীগী চালাকপু মপুকমীংদা থাগৎখি। মতম থরা হৌগ্রবগী ভুংদা অবতারসিংনা লক্ষ্মীবু লম্বীদা চৎপা উখি। মাবু হেক উবমক্তদা।)

অব—রঘু চৎলু আদা চৎলি মুপীসে সিদা অমুক্তা কৌশিল্লকউ।

রঘু—( হৌগৎতুনা থুনা থোকখি ) ইচে। ইচেবু বাবুনা দোকান মমুংদা অমুক্তা চংলকও হায়য়ে।

লক্ষ্মী—ঐবো ?

রঘু—অং ইচেবু।

লক্ষ্মী—করিগীনি হায়গে ?

রঘু—অতুদি খঙদে, কৌশিল্লকউদা মহায়।

লক্ষ্মী—( চংলক্তনা ) বাবু ঐবু কৌবিবরা ?

অব—কোই।

লক্ষ্মী—করিগী ওইরবনো ?

অব—কৈস্থ নস্তেদা রারী অমতা শাসি হায় তৌবনি। হায় রঘু ঐগী ফা মচাদো থোঙ থরা হাংদোকউ চৎলু। সো সিদা লৌরে। অতুগনে বাবুন্নামদা চা গ্রাস অমীদপা শেম্বগা পুরকউ হায়মু।

রঘু—ফনি বাবু।

লক্ষ্মী—বাবুনা ঐগা য়ান্নী শাসি হায়বু করি য়ানোনে? করম্বা য়াকমগীনো?

অব—হেয়া করিগীসু নত্তেদা। মুংশা থীগনু। কারবারগীনে কারবারগী। মমুংদা চঙলসি। হঙ্গোইগন্নু করিমতা তৌয়োই। সোফাদা ফম্মু। (বাবুরাম চা গ্লাস অনী পুত্নুনা চঙলকই। সাইদ টেবল মচা অনীত্নুদা অমমম থনম্নগা বাবুরাম থোকপ্রে।)

লক্ষ্মী—বাবু করি তাকপীগদবনো? তাকপীয়ো।

অব—চাহু থকউ অত্নুগা ঐখোয় অনী করি তৌসিগে হায়বত্নু তানসি।

লক্ষ্মী—বাবুনা তাকপীগদবা য়াত্নু খর থুনা হায়বিয়ো।

অব—নঙ মুংশা য়াম থীবমাল্লে। মুংশা থীকম লৈতে। ঐখোয় অনী কারবার তৌমিন্নসি কারবারগী মরূপ ওইসি হায়বনি।

লক্ষ্মী—অসুক য়াম্বা মৈতৈ মুপী লৈরিবশিং অসিদদি হৌত্রগা বাবুনা ঐতবু করিগী কারবার তৌসি হায়না হৌবিরিবনো?

অব—ঐনা নঙতবু কারবারগী মরূপ ওইনীংঙি। মরমদি নঙ য়াম চালাক লৈবী মুপীনি। ঐনা মণিপুরদা লাক্নুনা কারবার তৌরবসি কুইরেকো। ঙসি ফাওবদা মণিপুরদা নঙমুক চালাক লৈবী মুপী অমতা থেংনখিদ্রি অত্নুনা নঙবু হৌবনি।

লক্ষ্মী—বাবুদি ঐ চলাক হৈ হায়বা করম্ম: থঙলিবা?

অব—নঙবু ঐখোয় দোকান্দগী, ঐডোন্দগী শেল অচোইবা কায়খিদ্রনে?

লক্ষ্মী—কাম্নখি।

অব—কয়ারক্তি কায়খ্রে?

লক্ষ্মী—মরীম্নকুম্বা অহুম শুরম্মনি।

অব—শেল অচোইবা কায়খিবদো অহুন্দা নঙ চালাক লৈ হায়বা খঙখিবনি। নঙমা শেল অচোইবা কায়রম্নব্রবা অহু শুইরবদি ঐ নঙবু মশক খঙলমলোই ক্ষারবার তৌম্নিম্নসি হায়নম্ন হৌরম্লোই।

লক্ষ্মী—বাবুনা ঐভোন্দা তৌমিম্নসি হায়রিবু করি কারবারনো?

অব—কলাবাজার।

লক্ষ্মী—করি পোৎ? কদায়দা? কমদৌনা?

অব—ইহান হানবদা মোরেম্নোমদা শ্রেক চেনসি। অহুদগী মথং মথং।

লক্ষ্মী—বাবু ঐবু থাজরিবরা? থাজবিরবদি কয়াম থাজবিবা জাৎনো?

অব—কয়াম থাজবা হায়বু কারবার তৌমিম্নসি হায়না হৌরিসিনি। থাজদ্রগবু নঙবু হৌগত্রা থাজহনা হৌরিবনে।

লক্ষ্মী—অহুদি ঐ য়াজরে। মোরে চৎকদবনা কৈদৌঙৈনো? চৎকদবা।নোংমা নীনি ব্রাংলিঙৈদা ঐভোন্দা খঙহনখিয়ু।

অব—মহু শোয়দনা খঙহনগনি। নঙনা ঐগী দোকান্দা তোয়না চঙবম্ন পামদে।

লক্ষ্মী—ঐম্নু পামদে। বাবুনা উনকম অমা খঙহনবিয়ো।

অব—নঙ থোবাল ফাওবা চৎপা ঙমগত্রা?

লক্ষ্মী—ঙমগনি মতমদি ?

অব—অছুদি নঙ স্নুম তৌরো হংচিংসে বর্ম্মা য়োদকি বস পার্কিংদা চৎলো। অয়ুক ঙস্তানিকো কাউগনিকো।

লক্ষ্মী—কাউরোই।

অব—অহানবা থাবা গাড়ীছুদা চৎলো অদুগা থৌবাল বাজারদা ফুমথরগা ঐবু ঙাইরম্মু। ঐনা এম-এস-টিগী বসতা লাক্লে। এম-এস-টিগী বস থৌবালদা হেক থাম্বগা নঙ কাখৎলক্কদনি। ভাব তারেকো।

লক্ষ্মী—তাজরে। হংচিং হায়রিবসি য়ুমশকৈশ মুমিংতনিনে।

অব—মান্নি য়ুমশকৈশ মুমিংতনি। য়ুমশকৈশ মুমিংতা নোংপোক চৎপ। ওইজ ওইথক ফংবনি।

লক্ষ্মী—ফরে শোয়দনবা তৌজরগে। ঐ চৎচরগে।

অব—লক্ষ্মী নঙ নপুকচেল চেৎকদবনি। ঐথোয়গী কারবার অসিদিনেকো পুকচেল চেৎতবা য়াদবনি।

লক্ষ্মী—অছুবুদি ত্তিরগা থঙবিনী চেৎলি চেৎতে হায়বদো।

অব—য়ৌরো য়োরো।

( ৫ )

( মোয়ে চেনবা বস গাড়ী পলেন গেট্টা থাম্মী। পুলিস ময়াম্না গাড়ী চেক তৌবা চংঙকই। গাড়ী মনুংদা য়াওবা পোৎ মথৌ য়েংঙি। )

পুলিস-হায় ইচন! সিদা ফমলম্বী নঙগা থংননা কম্বী মৈতৈ
মুপীদো কদায় চৎখ্রে।

য়াংম্বু—অসিতা ফম্বী মুপীহু হংবরা?

পুলি—হোয়নে হংঙিনে। মাবু কদাইদা চৎখ্রবগে?

য়াংম্বু—অসিতা ফমলম্বী মুপীহুদিনেকো থানা বাবু কুমথখ্রে গাড়ীদগী

পুলি—মাবু কুমথখ্রগা কদায় চৎখ্রিনো হায়মি? হৌজিক্তা
ঐখোয়না মনীংদা কম্বা পেসেঞ্জর ময়াম চেক তৌরিবৈঙদা
যম্লম্বহুবো?

য়াংম্বু—হৌজিক্তা গাড়ীদগী কুমথখিবনে। মানা ঐঙোন্দা হায়-
বম্বদিনেকো মখোঙ হামনীংঙে হান্নদনকো আ তুরেন খোংবান্দ-
কো কুমখিবনি। মাগী ফমকম কল্লম্মু হায়বম্বুকো ঐঙোন্দা
হায়রম্মে। য়াগ থুনা হল্লক্কনি হায়বনি। মানা হল্লক্লিবৈঙদা
ড্রাইভরনা গাড়ী থোগে তৌরবদি মী রাংলি হায়য়ু
হায়নম্বু হায়রম্মী। মা হল্লক্কি।

পুলি—বাবু! মুপীহুবু বাবুগা লোয়নবিরকপব্রা?

অব—ঐ কনাম্বু লোয়নরক্তে। ইতোমতা লাকচবনি।

পুলি—( গাড়ীগী বোদিদা চৈনা কাক কাক ফুরগা হায়রকই।
হায় তারিবরাও নখোয়বো গাড়ীসিদা তোংলকপী মোরে-
দগী তোংলকপী ফনেক মপান নাইবা শেৎপী মুপীহুবু কদায়
চৎখ্রবগে? নহোই কনামতা উহৌদবরাও হা?

ময়াম—উহৌদে উহৌদে। মী য়েংবা শংদে খঙদে।

য়াংম্বু— থানা বাবু ঐনা ঙসাইনা হায়গ্রবত্নুদি তু আদগী মোংশোং
অমা লৈবসে অসিদা চঙখিবনে মখোঙ হাব্বা।

পুলি—বাবু অশেংবা হায়দোকপীরোদা কয়া মুংঙাইরোইনে।

অব—ঐ খঙদেনে বাবু। অশেংবনে মশক খঙজদে।

পুলি—করি করি মালদি পুবিরকপগে?

অব—ঐবুরাও?

পুলি—মাম্নে। বাবুবুনে।

অব—ঐগীদি স্ব্যত কেশ মচা অমা য়াওজরি। ফমফম কনবা
ওইনা ঐগী ফমফমদা থমজরম্মী। মহু য়েংবিবা য়াগনি।
মোরেদা ঐগী রিলেটিব অমা লৈজে। মা উনবা চৎচরুবনি।
করিগম্ভা পুজরক্তে।

পুলি—গাড়ী মমুংদা তোংমিম্নরকপশিং অত্নুদি শক খঙনবা য়াওব্রা?

অব—য়াওজদে।

পুলি—অত্নুদি অফিস মমুংদা ঙহাক্তা লেঙশিনসি।

অব—ফনি।

পুলি—বাবুগী বেগ অত্নুম্নু পায়বিরক্লো।
(পুলিসশিং অত্নুগা লোয়নত্নুনা অবতারসিং থানাগী অফিস
মমুংদা চঙখি। ঙহাক লৈরগা মখোয় লোয়না থোরকই।
বসতা তোংলকপা ময়ামহু ঙম্মা গাড়ীদা কাথৎপ্রে। অব-
তারসিংম্নু কাথৎপ্রে। বস থোপ্রে। পুলিস ময়ামহু পলেনগী
গেট ময়াদা বসত্নুনা থোখিবহু য়েংত্নুনা লৈহৌই।)

পু-১—মুপীহু করম্মা মাঙখিবনো? অঙকপনিহৈ।

পু-২—মুপীত্বু মিত্রং হৈবা জাৎলা ?

পু-১—মিত্রং হৈবা হৈতবা মাঙশ্রেদনা ঐখোয়গী নাতোল শুমাঙদা।

পু-২—চীং মুপীত্বনা খুদোনবী থিন্দুনা তাক্লম্বা চরোৎ হাবুং অত্বদা মা লোৎলিবরা হায়ত্বু অমুক্তং য়েংথোকল্লুসিরা ?

পু-১—হোয়নহৈ, মত্বু য়েংথোকল্লুবা ফৈবো।

পু-২—চৎপা তারবদি ও-সিদা হায়রহনা ফৎত্রাও ?

পু-১—ফৈ, অত্বুদি নঙ হাযরুরো।

পু-২—হোয় হায়রুগে ? লৈবু লৈরমগনি হায়বা ঐ কয়া থাজদ্রে। মতমসি য়াম কান্নরেনে।

(পুলিস অনীত্বু রারী শানা শানা চরোৎ হাবু' তম্মা চৎখি। রামধন অমসুং বীরো অনীনা ঙসাই মথৈ পলেনগী গেট ময়াদা লেপত্বুনা য়েংশ্মী কু-হৈত্বু। কু-হৈ লোইরবদা মখোয় অনী অমুক তুরেল খোঙমুং লৈঙোই পেকফমদা লাক্লে। মখোয় অনী রারী শা'র মুপীত্বুগী মরমদা।)

বীরো—ইপল মুপীত্বু লমলৈমা হায়ত্বুনা পুশ্রবা জাৎলা ? নত্রগা লাঙত্রাওবীনা চেনথ্রব্রা ? পলেনসে লাঙত্রাওবী থোকই হায়নৈ।

রাম—কদাইদগীনোদা লমলৈমা লৈতে, লাঙত্রাওবী থোক্তে করিমতা থোকপোৎ নত্তেসে। লাই অমতনা পুবা ঙম্বা মুপী নত্তেনে।

বীরো—ইপলদি করম্মা খংঙিবা ?

রাম—ঐ কোম্মা ভাব তারকএ। তোর্ষবান্দা লৈরিবা মোংশোং

মচাসে অসিদা ফনেক মপান মাইবা শেৎপী মবোক হাইফেৎ খুম্বী মৈতৈ ফুপী অমা পোৎ ময়োম অমা পায়হুনা চংখ। মখোঙ মখুৎ হাম্বা চংলিমাল্লে অদুগী মথক্তা ফুপীগা ওইবদুদা হল্লা যেংলুদ্রে। ঐসু খনবদি মখনখি ফুপীসি লক্ষ্মী ওম্বোক্লা মানগ্রেদা হায়না। লাপ্পা উবদুদা গানবা ওইরমগনি হায়দুনা খল্লদ্রে। ঙহাক লৈরগা চরোৎ হাবুং অদুদগী চীংমী ফিজেৎ শেৎপী ফুপী অমা শম মচা পুরগা থোরকপা উখি। ঐসু খরদি ঙকখিবনি অমা চঙথ্রগা অমা থোরকইসিবু হায়না।

বীরো—মৈতৈ ফুপীদুদি অদুম থোরকখিদ্রব্রা?

রাম—থোক্লকপা থোরক্তবদুদি কনানা য়েংলুনি। মখোঙ হাম্বদা মখোয় মশেল লেপ্পরিবনি খল্লুবনিদনা। অদুদগীদ গেট্টা লাঙনরকপদুদা অদুম চেনখৎলক্তুনা ঐখোয় অনী য়েংলুরিদুনি।

বীরো—মরাংতগা থানাশিং অদুগা অফিস মমুংদা চঙলগা জুজা তৌনরুরিদুনা কৈদৌরি জাৎনো?

রাম—মদুনি থানাগী হৈনবী হায়বদো।

(মুমিৎ অদুদগী মুমিৎ মরি মঙানি হৌগ্রে। রামধন অমসুং বীরো লৈঙোক্ট্র পেকপা লোইদ্রি। পলেনগী তুরেন খোঙমুংদা অদুম থবক শুরি।)

রাম—নহানগী ফুপীদো ঐনা হায়বদু শোয়দ্রে?

বীরো—কনা ওইরম্লবা?

রাম—লক্ষ্মী ওইরম্লে।

বীরো—ইপলদি করম্মা খঙলিবা।

রাম—মীনা স্থুম ভাংনয়কপদগী খঙলিবা।

বীরো—মীনা ভাংনরকপা ইপললনা তারকপদো তম্মো।

রাম—নুপীদো লক্ষ্মীনে ঐনা হায়গ্রেদনা। ঐখোয়গা য়ুম লোম্লনা লৈবা।

বীরো—অদো তম্মো তারসে হায়বা।

রাম—সে স্থুম তৌবা জাৎনি মৈতৈ নুপী ঙনেক মপান নাইবা শেৎপী হায়দো লক্ষ্মীনে। মা ত্রেকী পোৎ পুন্থনা লাকপনি। পোৎস্থু পুরগা মখোঙ হামনীংঙৈ হায়জিন্দুনা চরোৎ হাবুং অন্থুগী মরুমদা চঙবনি। চঙলগা মা ফিজেৎ ওস্থোকপনি। চীংমী নুপীগী ফিজেৎ শেৎলগা শম পুন্থনা থোরকপগী রানিসে বীরো।'

বীরো—থোরক্লগা মা কদোম চৎলিবা?

রাম—মহাক ইহান হানবদা আইমোল খুন্দা চংঙে হায়য়ে। শম অহনবা অমস্থু মানা পান্মী ফজত্রে হায়ন্থুনা লৈথি হায় খুনন্থুদগী। অন্থুদগী মা মচি তাখিমাল্লে।

বীরো—মচি হায়রিসিবু?

রাম—তো আ অসিদা উরিবা অরাংবা চীং অসি মচি হায়বা চীংন্থুনিদনা অন্থুগা আইমোল হায়রিসিনা তু মাঙদা নোংপোক পাংবদা উম্বিবা খুল অসিনিদনা।

বীরো—মা মতোমতমক চীংশাংসিদা চৎপা কিত্রা হায়মি। মাদি নীপান্থু নত্তে।

রাম—মা মতোমতা চৎতদি কনাগা চৎকনি হায়রগে। ময়াংছু হায়রা বস তোংছুনা অছুম চৎখরে।

বীরো—অছুদি ময়াংছুদি লক্ষ্মীগা লাকমিন্নবা তারেনে।

রাম—লাকমিন্নরিবনি মখোয় অনী গোরেদগী। লক্ষ্মীনা আইমোল-দগী মচি চীং তারগা অদৈ মচি চীংছু লাম্হোক্লগা হৈরোক তাছুনা রাংজীংলোমদা খোরকই হায়নে। মছুবু ভক্তা হায়বা।

বীরো—ভকই ইপল ভকই। অছুক শাংবা চীংশাং লাক্লকপা লক্ষ্মীবু রায়মলোইদ্রা ?

রাম—করি রাদনি ?

বীরো—হোইনে মুপীগা ওইশিল্লে।

রাম—অছুবু ইবো রাবকা খঙপোৎ নত্তেনহৈ মীনা তান্নরক্লবরা হায়বগী মুংশা থীবদা। য়েরবা কান্দদি মা রাবনা পোপ তুরমগনি। রাংজীংদগীদি মা কার তোংপ্রে হায়। ময়াং মুপাছুনা শোয়দনা ওকলমগনি। সিনেমানিনে সিনেমা অশেংবা সিনেমা।

বীরো- অছুদি সেনেমাগী হেরোইন্না লক্ষ্মী তারেদনা।

রাম—লক্ষ্মীবুদি হেরোইননিনে।

বীরো—ইপল লক্ষ্মীদি চীংমী ফিজেৎ শেৎতুনা অছুম লাক্লে।

রাম--কদায়দগীনোদা মৈতৈ খুল্লক হেক তাবগা মৈতৈ ফনেক শেৎতুনা মৈতৈ মুপী শাছুনা লাক্লমগনি।

বীরো—কদায়দগী ফনেক লৌকরিবা ?

রাম—মাগী শমছুদা থোক্তবা পোৎ লৈরম্মোইসে। ফনেক কীরোল,

পুবা য়াবা ব্লেকী পোৎচৈ ময়াম। শম অমনবা অহু লম্পীরা হন্দোকলম্মনি। পুরিহু আইমোলদগী লৈখিবা শম অহনবা অত্তু ওইরম্মি। চীংহুগী অমখক্তগী পামদুনা লৈরকপনিকা হায়খিল্লমগনি।

বীরো—কল্লম্বা ব্লেকী পোৎবোনে মহোল্লনা অত্তক রানা পু চেল্লিহবো।

রাম—গুল্লবা ফাৎনিদা কনাই মনা, হেরোইন পাউডর, ঘড়ী, ব্লেড, রেডিও মণিপুরদা কংদবা মণিপুরদদা নত্তে ফারস্ত পুম্বদা কংদবা জপান, চাইনারোমগী পোৎ ওাক্তনিনে। শেন্দোং হাইকেৎ য়াম্ম: কংলমগনি।

বীরো—মহাক লাইরিক লাইগুকাক্তি কয়াম হৈবা ফাৎনো ?

রাম—পংহে হৈবা নত্তে। ক্লাস ঐইতফাও তমহৌই হায়ব্রা করিনো। ইবা পাবকাক্তি অত্তম মওস্বনিদা। চালাক্তি লৈবনি। মাগী তৌবা ওম্বগী হায়করবদি মানা হৈরিবা মহৈ অত্তুদগীদি য়াম হেনগ্রপোৎনি।

বীরো—ইপল লক্ষ্মী হায়বী মুপী অসিদি থা থা নত্তেকো।

রাম—চুম্মী থা থা নত্তে।

বীরো—ইপলনা হায়বা সিনেমানি হায়দো অচুম্বনি। মহোয়না তৌরিদো সিনেমা শান্নরিবনে। তাইবংপান্দা পংথোক থোক্লোই হায়বা। লক্ষ্মী থাঙ্গৈ হেক শেংবা হেরোইননি। মানা তৌরিহুবু মুপী কনানা ওমগদগে। থৌনা শক্তি লৈ। ঐদি মাবু কিজেবো।

রাম— কিবা য়াম্মা সুপীনি। অরাইবা সুপী নত্তে। অত্তাওবনি মা তৌবা ওয়গী শক্তি চেনবী সুপীনি। মত্তোন্দা মী অমহৎপা ওয়গী গুণ অময়ু তেল্লি ঐকাসে মানা লায়না অমগ্রপোৎনি

বীরো—অকুনবু কিজৈ হায়রিসিনি।

( ৬ )

( চৈরাওবা মুমিং। চৈরাও চীং কাবা লাকপা মীয়াম্মা চীংথোং চীংয়া অদো পীক থন চীক্ক চায়নবা ওয়দে। সুপী অঙাং, পাথং লৈশা অমত্তা খাক্তমা লাক্লরি। পুলিস ৭/৮ মু চৈরাও চীং কাবা লাক্লিবশিংতু ঙাক শেন্নবা লেপ্লি। )

লক্ষ্মী—ইমাইপেম্মা! অঙাংসিদি মুংশিগ্রেদকো তবুম তবুম হেক লাউরদনা শামু মচাতু মঙাইরে। ঐথোয়গী মুপীমচা বেম বেমমু ওন্থোক্লা মাল্লেমী মথক্তাইসে জোন জোন হেক লাউরদনা। মেম্মা নেমে পম্বীগেসে। করি চানীংঙি? সে সে নেনেগী ব্যোগতা মিথাই অমা য়াওরি সে সি চাওসে। সে নেনে পমগেসে। নেনেনা পমলগা চীং কাসু ঙাইদনা নঙগী নখোঙ মচাসিনা কারবদি রাগনিকো?

অঙাং—হো ইমা, হো ইমা, ঐবু পম্বীরম্বা নেনেদো অকুননে ঐগী লীক থৎভুনা পুগ্রে। মা চেনগ্রে মী মরক্তা। ( অঙাং মুনা কপ্পগী খোজেল )।

মমা—হো অঙাং লীক থৎগ্রে। চেনগ্রে, থরা থৎপীয়ো। থর

থংপীয়ো। অঙাং পম্মম্বদো। চেনখ্রিবা মকোক থুম্বীসে মাল্লে। মানি মানি মরাম অমুক্তা খরা তাম্নবীয়ো। খরা ফাবিয়ো। কয়াদা তৌঙম্বী অকাওবীনো হায়বা অঙাং মুংশি হায়দুনা পম্বীরম্নগা লীক থংপীখ্রিবনিনে।

ময়াম্মা—তাম্নৌ তাম্নৌ, ফাও ফাও, থংলু থংলু। (নিম্নম্নকপগী মরক্তা পুলিসম্মু ছইশেল ৪/৫ রক পীং পীং থোংজিল্লকই।)

লক্ষ্মী—তাদ দারেগা বাবু সে ১০০ চংপীনিকো। সে মসি তাদগী শরুক্লিকো ফুরিংখাওদা হাপচিনবিরো।

পুলি—হায় করিনোনে সিবো?

লক্ষ্মী—তাদগীনে তাদগী। তাদ ওটো রিক্সো অমতা ফাবিয়ু খোঙসে খুদি থিজিল্লুদুনা থাংবা য়াদ্রে। তাদ ওটো অমতা খরা থুনা।

পুলি—হায় ওটো রিকসো, হায় রিকসো রালা নঙবুনিনহৈ! ইথম্ন আও।

রিক—বাবু ঐবু ফাবিগম্নু।

পুলি—নঙবু সিদা লাউনে। ফারোইনে।

রিক—ঐ চঙজরোই হন্দোকচখ্রগে। ঐদি চঙজরোই হায়জবনি ঙসিদি সুরাইসিদি গাড়ী থৌজিনবা য়াদে হায়বা থঙজৈ ঐম্নু। অঙাং ঙাক্তা তোংলকপা অদুদা সি য়োঁদবা য়াদদুনা তৌবনি। তশেংবনি বাবু ঐবু ফাবিগম্নু। বাবুগী চুরুট থরুবা খরা তৌজরমগে ফাদদি ফাবিম্নু।

পুলি—হায় বুহু নঙবু ফাগে হায়বা নত্তেনে। সে সিদগী মেম সাহেব লেপ্লিসে য়ুম ফাওবা থরা থিল্লম্মু। ভারা মতীক চানা ফংগনি খঙঙব্রা বুহু। (মমায় খর ওঙ্ঘোরকপ তৌরগা) হায় নঙনা চরুট থকউ হায়দো কদায়নো?

ওটো—য়ামদি য়ামদ্রে লুপা মঙাসিদং।

পুলি—য়ারে য়ারে। ফরে থৌগ্রো। ইবেম্মা খোঙলৈ থরা থুকো ময়াম চেনশিল্লক্লে।

লক্ষ্মী—হায় ড্রাইভর ওইরোমদা লৈরিবা লৈরক অথুবসে উরবরা।

ওটো—উজরে মেম সাহেব।

লক্ষ্মী—অসোমদা গাড়ী থৌজিল্লু। মসি ফাওদোক্লগা শোরোক অচৌবা তাবনি। নঙবু খঙব্রাও হাঃ ড্রাইভর।

ওটো—খঙজরে মেম সাহেব।

(মীয়াম্না তাম্নরকপা। চীংদগী চেম্থরকপা মীয়ামগী নিলখোংবা, লাউনরকপগী খোগ্গেল মরক অহুদা)

মমা—হো থানা বাবু! সোমদা মুপী মকোক খুম্বী অমা চেনখিবদো কদোম চেনখি বাবু উবিহৌবরা?

পুলি—করি হায়বা?

মমা—মকোক খুম্বী মুপী অমা চেনখিবা বাবু উবিহৌবরা হায়বনে?

পুলি—মকোক খুম্বী মুপী হায়বা?

মমা—অং

পুলি—মকোক খুম্বী মুপীদি কোকথোং কোকথোংনি লাই খুরুম্বা

কায়কলিসিদি। মহোয়বু মশাং প্রীরুদরাও? মশকন্থ মমিংন্থ খণ্ডদা কনাবু উই হায়রুনি। উদে খণ্ডদে।

মমা—বাবু চীং কাবা লাকইবা ময়ামসি ঙাক শেনবা লেম্নীরিবা নত্রাও?

পুলি—মান্নে মান্নে।

মমা—বাবুনা মুপীন্থবু উহৌত্রিবা করিগীনো? মুপীন্থবু বাবুগী নাক্তা লেপ্তুনা ৱা ঙাংনখিবা উইদা ঐখোয়বো। অা অরাম্বদগী। তৌঙম্বী মুপীন্থ ঙকথ্রেদা।

পুলি—য়ে য়ে মুপীন্থ ওইরে ময়াম্না তাম্নরকইসে। মাবুদি ওটো অমদা তোংন্থনা চৎথ্রে ঙসাইনা অা য়োৗরম্মনি। মানা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লম্বন্থদি মখোঙদো খুদি থীজিল্লুরে খোঙবী কায়রে চৎপা য়াদ্রে ঐবু গাড়ী অমতা ফাবিয়ু হায়রন্থনা ঐগী ইনাক্তা লেপলম্বনিদনা। থানানা হায়রবদি রিকসো-রালাশিং অসে কিবোই করিবোই হেক য়ারকএ অন্থননে ইবেন্মা। মুপীন্থদি অা য়োৗরম্মনি তাম্নবা ফংলরোই। মাবু ময়াম্না তাম্নরকইসিবু করিগীনো?

মমা—সে অঙাংসে মুপীন্থনা পম্বীরম্মে মুংশি হায়রন্থনা অক্তগবু অঙাংগী মঙক্তা শিবা লীক থৎপীথ্রিবা। অঙাংসে মথবাই মুংঙাইতন্থনা কপ্পীসিনিসে।

পুলি—লীক থৎখি হায়বা খণ্ডলম্নবদি ঐসু গাড়ীন্থ ফাবিরমলোই-দবনি। খণ্ডবনিনা খোঙবী কায়রে হায়বন্থদা ফাবিথ্রিবনি।

মমা—খোঙবীদা কায়বা নত্তনা মখোঙ ভেক্লম্বদি কগদৌনি। হিংচাবীদো তৌঙবীদো।

পুলি—ময়াম্মা তায়রকপত্রুদা মাম্তু পংচেল চেল্লমনি চেনবদা খুদি থীবা ওইরম্মি।

মমা—থীসম্নু !

পুলি—নচাবুদি কৈদৌ পমহল্লুরিবা ? মমানা চেকশিনদবরগী মচাগী মঙক্তগী লীক থংখিবনিদনা। কায়রোই তায়রুরম্নু কংঙরোই।

মমা—( লৈপাক্তা ভেক কমথত্রুনা ) ওহ্মোকপনিদা ! ঐদি চৈরাও চীংদা মহাদেব খুরম্বা লাকপরা হায়বু ইচাগী মঙক্তগী লীক থংহনবা লাকপা তাগ্রেদনা।

( ৭ )

( থাঙ্গাল বাজার। অবতায়সিংগী দোকান। চৈরাওবা মুমিংনিনা মী খরা কুংঙি লখ্মী )

লক্ষ্মী—বাবু অমুক্তা চংবিরকউ।

অব—( চংলকই মাগী কা মচাদা ) করিগীনো ?

লক্ষ্মী—বাবু সে। লীক মম্বিনী। খরা থুনা মশক ওহ্মোকসিকো। নত্রবদি।

অব—খঙভে, ঐ ভাব তারে। হৌজিকমক ওহ্মোকলুরগে। নঙ সিদগী খরা থুনা থোকগ্রো। মী উরবদি চিংনখিনি।

লক্ষ্মী—চুম্মী, ঐ চৎগ্রগে। অদো বাবু লুপা ১০০ দদি পীয়ুদনা গোপালগা ইকুবোকগী অথুম অহাও খন্না লৈথিগে।

অব—সে লুপা ৩০০ সি পুগ্রো। অত্তুগনে লক্ষ্মী নঙগী নমিং লক্ষ্মী কৌবসে নঙগী চপ চাবা নমিংনি। অত্তুবু খ্বাইনা খঙনগ্রবা মীংনিনা অতোপ্পা অমস্থ কৌরসি।

লক্ষ্মী—বাবু মীং হোংগদৌরিব্রা?

অব—মীং হোংবগী ব্রা নত্তে। ঐখোয়গী কারবারসিদি মীং অহুম মরি থমগদবনি। মীং অমতমক কৌরবদি থিনরকপদা লায়না ফংখিনি অত্তুর্নান।

লক্ষ্মী—করি মীং?

অব—লক্ষ্মীগী মহুৎতা তুর্গা।

লক্ষ্মী—তুর্গা!

অব—অং তুর্গা। রনক্ষেত্রদা তুর্গানা তৌবগুম্না কালাবাজারগী ক্ষেত্রদা নঙনা তুর্গা শাবা তাবা। মীং অনীসে নঙগী চপ চাবা নমিং ওাক্তনি। তুর্গানা লানফমদা তৌবগুম্না কালা-বাজারগী লানফমদা শেল তানগদবনি। অদুগা য়ুমদনা লক্ষ্মী ওইত্তুনা লনগী মবেম্মা ওইগদবনি। মীং অনী অসিদগী অম্না হেক্তা মতম মতমগী য়েংদুনা মতাং চানা হায়জিল্লস্মু।

লক্ষ্মী—মহু ফৈ। ফজবা সজেসন্নি। ঐ য়াই।

অব—নঙ পাউ অমদি তারমথিরোই!

লক্ষ্মী—করি পাউ?

অব—ঐখোয় অনী উনদবা মুমিং মরি মঙানি গুরেদনা।

লক্ষ্মী—শুয়ে।

অব—ঐখোয়গী কার অমা চেনখিবদো থুংলয়ে।

লক্ষ্মী—কৈদৌরৈ ?

অব—ঙসি ছম্নিগুম্বা শুরম্মনি।

লক্ষ্মী—লৌথোক্লবরা ?

অব—হংচিংকুম্বা লৌথোক্কে হায়না খল্লি। এক্লেন্তপু নীংথিনা চ্যেক তৌহনখিগে সার্ভিশিং মপুং ফানা তৌহনখিগে তৌবা অহুননি। অহনবহুনা নঙ শীজিন্নয়ো। হায়নগীসিনা ঐ সুম শীজিন্নগে। মোরেরোমগী কারবার দিল্লীরোমগী কারবার অনীমক হুন্দক্তি খর কানগদৌরিকো।

লক্ষ্মী—ঙম্নবা হোৎজগনি।

অব—নঙগী হায়নগী কারবার মচা মশুসি তোকথোক্লসি।

লক্ষ্মী—করি কারবার মচা ?

অব—অঙাংগী লীক থৎপা, নায়ানবী থৎপা, খুজী খোঙজী লৌথোকপা লোয়া। শেল অচোইবা কায়বা। মসি মচা মশুগী থমকনি। মুপী অঙাং ময়াম কপ্পা লাওমখসে তাবদা কয়া মুংঙাইতে। মহুদা ফংলকপা পৈশানন্ত মুংঙাইবা য়ারোই। নঙবু মুংঙাইব্রাও ?

লক্ষ্মী—মুংঙাইতে য়ায়না চুমথ্রবা য়ামি। ঙসিদগী মচা মশুগী থমকসে তোকচরগে। তোকচরগে হায়না ঐহাক লেপচয়ে। য়াশকচরিবসিনি।

অব—অচৌ অশাং, শেঙ্গাও পায়বা কাঙবুদগী চাউনা চাউনা লৌবনা ফত্রা ? কৈ হায়বকো। ডাকুগী মখুৎতগী দাকাত্তিনা লাকপা হায়দো তৌসি। নশানা য়ারেদনা। য়াম্ব য়াকম থোকই।

লক্ষ্মী—য়াজরে।

অব—কার অমা নঙগী লৈরবনিনা অচৌ অচৌবা কারবারতমক তৌরসিকো।

লক্ষ্মী—অহোয়। মতুন। কৈ।

অব—লক্ষ্মী! নঙ পুকচেল চেৎপী, থৌনা ফবী, অখাঙ কনবী মুপী অমা ওইগদবনি। মতুদতা ঐখোয়গী কারবার অসে মহৈ য়ানগদৌরিবনি খঙডেদনা।

লক্ষ্মী—খঙঙে। ঐ চৎলগে।

অব—চৎলো চৎলো।

## ( ৮ )

( তম্ফাজাও কৈজাওগী মপা লক্ষ্মীগীনা মকুবোক। গোপাল কৈজাও অমসুং লক্ষ্মী অনীগী অমতা পোকচবা মচানি। তম্ফাজাওগীনা মশু অহল। তম্ফাজাওগী য়ুম। লক্ষ্মীনা লাইরিক তানবা লাংডি। গোর্বধন পুজা মুমিৎনি। রসগুল্লা, পট্টাস, রত্নু, বেরানচিংবা মোন অনী অনারোম ওইগনি অপাকপা অচৌবা শেঙ্গাদা হাপ্লিবতু। অতুগা

মৈতৈ চু অহাওবদু ১০০/২০০ রোম ওইরম্মি। মকক মকক কক্লগা মপৈ ওইনা পৈন্থনা কক্লোং অহনবা অমগী মথক্তা লৈ। য়ুবী মপুম ৫০ মুকশিং ওইগদবা মহুন্থু লাইদা কৎনবা ঙাক্লি। হায়রিবা অসি নত্তবা হৈক্রুক তাংগা, পানা তাংগা, পানা খুদপ ময়াম্মা লুকমায় লুকমায়দা হাপতুনা লৈ। লৈ পরেং, লৈ অচোইবা হৈরম লৈরম শুনা লাংঙি লক্ষ্মীনা)

রাম—ইবেম্মা লক্ষ্মী!

লক্ষ্মী—তাদা!

রাম—নঙনা ঈশ্বরদা কৎলিবা ময়ামসিবু কনানা প্রসাদি ফংবিগদগে? লাইরিক তাবা লাকলিবা ভাবোক্তি তাধন ইচিন ইনাওতনি।

লক্ষ্মী—তাদ লৈ। ঐখোয়গী কৈথেল মচাসে পংচাউ চাউবন্থু নত্তে হায়জরিবা।

রাম—চুম্মী চাউদে।

লক্ষ্মী—ইনশাং নাপী য়োনবী থরগা, ঙায়োনবী থরগা, লুকমায় ফম্বী থরগতনি। দোকান পরেং অনীসিগা পুল্লপনা মী ২০০।৩০০ দগী পংহেন হেল্লমোইনে তাদা।

রাম—হোয় অহুবাই মঙাইদা।

লক্ষ্মী—মখোয় ময়ামসিগা কৈথেল কারকপা মথৈগা পীজগে তৌবনে তাদা।

রাম—উম! পীজবা য়াই।

লক্ষ্মী—তাদা চাক ওইনা ভৌনীংলম্বনি অহুদা মী পোংনগা

লৈজদবসিদা শীনবা লাণবীনবগা থরা রাংজিদো। অত্তুদা অথুম অহাও ওইনা ভৌজরবনে।

লালহরি—কৈথেল মুপী ময়ামসে সিদা কৌশিল্লগা পীজগদৌরি-বব্রনে? ইবেম্মা লক্ষ্মী নঙনা হায়ম্লিসিবো।

লক্ষ্মী—নচ্চদে অজ্ঞা!

লাল—অত্তুদি কমদৌনা?

লক্ষ্মী—লাইরিক লাইশু তাবা লোইরগা পূন্নমক লোইরবা মতুংদা ননাই ঐনা থোক্কুনা য়েনজরগদৌরিবনি। কৈথেল কাবিশিংগী মপোং য়োনজবদো কায়দমবা ঐগীস্তু সেবা রাদনবনি অজ্ঞা।

লাল—মত্তুদি য়াম ফবা বানিনা।

লক্ষ্মী—অজ্ঞা লুপা ২ চংপী মপুল ৪/৫ লৈরিবসে অসিনা মুপী ময়ামদা দক্ষিনা ওইনা অমমম কৎচরমগদৌরিবনি। মথোয়না লাক্কুনা কৈথেল ফম্বীরদ্রগবু ঐখোয়বু কদায়দগী চাগদগে? খ্রাইরমবন্দ তান্না চংপা হায়তুস্নু অজ্ঞা ইপু ইনাই ঐখোয়না পংগুম ওম্বা নত্তেদো। ননাই ঐহাক্না তৌজরিসে কৈথেল মুপী ময়ামসি অমুক্তং মপুক্লীং পেলহনজমীংহুনা তৌবনি।

লাল—ধন্যনি লক্ষ্মী ধন্যনি। ঐনা ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী ফল ঐতনা ফংজগদবনি। মী অতৈনা লৌবা য়াল্লোইদবা।

লক্ষ্মী—অজ্ঞা।

লাল—নঙনা তৌজরিবা পুম্বসে হক্লেং মপোক্তা লেম্না থক মাঙওম্রোইদবনি। হুংঙাইমু ইবেম্মা হুংঙাইমু। নঙবা

মুংঙাইতনা কনানা মুংঙাইগদগে। ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা হায়বসে পুন্যগী লম্বী তানবনি।

লক্ষ্মী—অজ্জাগী থবকপু লোইশিনবিরবা নত্রাও?

লাল—পূজা লোইরে, লাইরিক লোইরে। অতৈ করিগু বাৎত্রেনা।

লক্ষ্মী—অদু ওইরবদি অজ্জা ননাই ঐহাকপু অমুক্তা শান্তি হায়দোকপীরম্মু।

লাল—কৈ কৈ অদুনি তৌগদবা। সুবাইদা থবা চঙশিল্লকউদনা।

লক্ষ্মী—ফগনি অজ্জা! (বামোয়া মন্ত্র থীদুনা শান্তি তৌবা)

লাল—য়ারে য়ারে।

লক্ষ্মী—অজ্জাগী দক্ষীনা কৎচরগে। মতীক চাদে হায়না বারৌবিগন্নুকো।

লাল—করি বানোনে ইবেম্মা। নঙনদি মতীক চাদে হায়রিবা ঐখোয়দদি অঙকপা অমা ওইনা থোকলবনিনে।

রাম—চুম্মী অজ্জা লক্ষ্মীনা তৌরিবসি অঙকপনি।

লক্ষ্মী—কদায়দগীনোদা অজ্জাখোয় তাদখোয়না চানবিবগী মুংশিবিবগী পংতাক তাকপীবনিদা। কুইররনি অজ্জাগী ফিরোই অমুক্তং হোংজগে থল্লক্লিবা। তান ইচা হেক চাদবা। য়ামদে কৈজোম অমা, লাংঙরা অমা, শাল মপাল চন্দবা অঙৌবা জোরা অমতংগনি। মপাল চন্দবা অঙৌবা অসিনা অজ্জানা লাইরিক লাইগু তৌবা লেঙবদা থোনবা মুংঙাইগদ্রা হায়গদুনা।

লাল—ইবেম্মা নঙগীসিদি দক্ষীনা লুপা ১০০ সু য়াওরিনাঁ। য়াম্মল্লেনেসিদি।

লক্ষ্মী—য়ামদেদা অজ্ঞা, ননাইনা কৎচরিবসিদি করিস্ত্র নত্তে। অজ্ঞানা তৌবিবনা হেল্লিবনি।

লাল—অহুবুদি নঙগীনি হায়ব্রবদি ময়ামগী হায়দোক্লমগা লাক্লিবা অসিনিদনা। লাইরিক্তস্থ কৎলে, পূজাদস্থ কৎলে। দক্ষী-নাতদা লুপা ৩০০ শুরেদনা য়ামল্লি হায়বনি। দান লৎনহৈদে হায়বনিনা লৌবা তারেদনা।

রাম—লৌবিগদবনি অজ্ঞা লৌবিগদবনি। কৎনীংঙি হায়হুনা ননাই ঐখোয়দি ঙসি ফাওবদা কারিগুম্বী অমতা কৎচবা ঙমদ্রি হায়বা। লক্ষ্মীগুম্বী মুপীতনা ঙস্বনিনে অজ্ঞা।

লাল—চুম্মীদা তাদা ওস্থোক্লা চুমথ্রবা রানি।

লক্ষ্মী—ইকুবোক্কীস্ত অজ্ঞাগা চপ মান্নবা নীংথমথা ওইরকপসিদা ইকুবোক নমৌদা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীমবিয়ু। লাইগুরুগী সেবা মতোল লোম্না ফংজগে। (হায়রগা মমিৎতা মপি ওয়ো ওয়ো শিনথনা লক্ষ্মীনা কপ্পী অহুদগী রামধন্দা ওনশিন্দুনা) তাদ তাদগীস্থ।

রাম—ঐগীস্থ শক্কক থুংভি। দক্ষীনা লুপা ১০০ স্থ য়াওরি। য়াম্মনথ্রেনে তৌরিসে।

লক্ষ্মী—কদাইদগীনোদা তাদা য়াম্বা নত্তে। কৈজোম অমগা শামতুগী নীংথমথা লিৎনবা ফুরিং অমগতনিদা।

লাল—তাধন নহাল মপোক্কা তাধমা তৌজরকপা কর্ম্মগী ফলনিদা নমৌ মুপী হী য়াই চেনবী অমা লৈবনিনা কয়াদা মুংঙাইরবা।

রাম—চুম্মী ঐখোয় অজ্ঞানা তাকপীরিবসে। লক্ষ্মী নঙগী ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অহল লমন লাই গুরু খংবসে উবদা ইবুং পেল্লে। মুংঙাইয়ু মুংঙাইয়ু নঙনা মুংঙাইতনা কনানা মুংঙাইগদগে।

লক্ষ্মী—ইবুংঙো নহোয়বু তারিব্রা ?

ঙৌব্রাম– তাজরি ইচেবেম্মা।

লক্ষ্মী—ভাঙ্ৰানব, অমুরৈ, শংলৈ নখোয় অহুম হৌরগা থোরকউ লাকও ঐ থবক শীদোকে।

ঙৌব্রা—ঐখোয় মরীমক লাকচরে। করি করি তাকপীগদবনো?

লক্ষ্মী—ঙৌব্রাম নঙনা অজ্ঞাগী পোৎমখৈ থিল্লুরো। ঐনা তারামধনগী থিল্লুরগে। অমুরৈ নঙগা শংলৈ নঙগা নখোয় অনীনা পোৎচৈ ময়ামসে হোল্লকপা হৌরো। অদুগা ভাঙ্ৰাং নঙনা পোৎচৈছু শংঙু ঙৌব্রামগা ঐগা লাক্তিৰ্কাও।

ভাঙ্ৰা—ফগনি।

( পাখং মচা মরী ঙৌব্রাম, ভাঙ্ৰাং, অমুরৈ অমসুং শংলৈ মখোয়না অথুন অহাও ময়ামদু কৈথেল মচাদা হোন্দোকই। অদুগা লক্ষ্মীনা নোট অনীচংগী মপুল ময়ামদু পুদুনা থোকললকই। মহাক হেক য়ৌরকপগা পোৎ য়েনবা হৌই। )

হন্থবী—ইবেম্মা নঙনা ঙসি য়েল্লিসিবু মুপী অঙাং হন্থ হানা থাক্তনা থুংনবা য়েনগদৌরিব্রা হা?

লক্ষ্মী—য়েনগদৌরিবনি ইম্মান। সে সিনা দক্ষীনানি।

হন্থবী—ইমাইপেম্মা দক্ষীনাসু য়াওরি। পুজীয়ুকো ইবেম্মা।

মুপী-১—ইবুংঙো নশক্লা ফজরিবা য়েনথোরকপা পোৎনা হাওরিবা।

মুপী-২—হোইনে মহোয় মরীমক ফজে হায়মী। মশানা ফরিবা? নাল্লিবা।

মুপী-১—লক্ষ্মীগা তিন্নবা মীবু কদায়দগী শোয় হায়ব্রা? কৈদগী শোয়গদগে?

মুপী-৩—ইবেম্মা পেল্লে। নঙ মুংঙাইনা পান্নুকো।

মুপী-৪—তৌজরুবা খুদিংদা মঙ্গল ওইয়ু। ইচলসিদি।

মুপী-৫—নঙতনিহৈ মুপী থোকপা। অহুনিদনা।

মুপী-২—মুংশিগ্রেদকো নঙসে। থাঙ্গে হেক শেংবা লক্ষ্মীনে লক্ষ্মী।

মুপী-৩—অহুনবু মমিং লক্ষ্মী কৌরিবনে খঙব্রাও?

(অসুম্না মুপী ময়াহুনা ঙাংবা শকপদা লক্ষ্মীবু থাগৎপনা কৈথেল মচাদো পুমনীল হেক নিল্লি।)

চংলৈ—ইচে অথুম অহাও য়েল্লবী মুপীহুবু নহাল ঙা হুথিবহু নব্রাও?

শংলে—মায়ে মায়ে মা নত্তদি কনানা সুম তৌবা ঙমগনি হায়গে?

চংলৈ—নত্তে মাগীসিবু কমদৌরিজাৎনো হায়মী।

শংলে—মাবু চঙগ্রবরা?

চংলৈ—তু আদা চঙগ্রিবসিনি।

শংলে—অহুবুরাও মুপীসে য়াম তৌঙম্মে নথোয় ঐথোয়না মাগা লাম্বা তৌজলাকচবা ঙমপোৎ নত্তে। নঙোন্দগী ঙাক। ঐঙোন্দগী উকাদী হুবা ঙম্নিবা নুপীনি মানা তৌঙম্বগী বা হায়করবদি। মসে মোয়ে লল্লোল্লিস্থ হায়নৈনে।

চংলৈ—কয়া কুইরবা?

শংলে—মতুকাক্তি খঙদেবো।

চংলৈ—মাগী শেল খুৎপায়সে খন্না কুইরমদৌ মাল্লেনে।

শংলে—মোরে খোঙচৎ অমুক্তা থানানা কাক্সবদি লুপা লাঙ্কজা তোংঙি হায়নে। কাবা খোল্লবস্তু নোট অপাকপত্তু ৫/১০ লংশিল্লয়গা হেক্তা চৎখি হায়নৈ।

চংলৈ—হায়রিসিনদি থানাস্তু মানা ঙস্বা তারেনে। কাজ্রে হায়বা।

শংলে—কদায়দগী কাগদগে? মানা কৈদা ঙস্মোইদৌরিনো? নোট অপাকপা অত্তুনা থানাগী মমিং পুমজিনথিবনিদনা অত্তুদা হেক্তা উহৌদবনে।

চংলৈ—মানা কৈথেল কাবী ময়ামদা পীক্ত পীথক তৌরিবসিনা করিগীনো?

শংলে—অত্তুবুরাও মীগী মচিল মেল্লিবা, মীগী মপুক কাল্লিবা কারিবা। শিংস্তু শিংগ্রবা ছুপীনিনে। ছুপী পীদা অমনি হায়বা।

চংলৈ—ছিঃ কিজৈবো ঐদি! মহা লাইহোরি হায়বত্তুংদনা। খল্লুবদা ছুবু চুংইনে। কিজৈ কিজৈ।

## ( ৯ )

( কৈজাওগী হোটেল। রামধন অমস্তুং কৈজাও অনী বাম্রী শারি )

কৈজা—লেঙশিনবিরকউ তাদা!

রাম—কৈজাও নঙবু কম কম পাল্লিবগে ?

কৈজা—মুংঙাইরি হায়বা তারেদনা।

রাম—নঙগী হোটেলসে কম্না চালাইরিবগে নীংথিনা কল্লিবরা য়েংগে লাকপনে।

কৈজা—কদায়দগীনোদা ভাদা মথোং চাবা নত্তেদা।

রাম—কৈদৌরগেনে ?

কৈজা—নেপালি মচা অনী গ্লাস চায়বা লৈরম্বদো অনীমক চেনখ্রে। ঐঙোন্দমু তাকলমদেয়ে মথোয় অনীদো।

রাম—মথোয়না চৎথিবদি কয়াম কুইয়বা।

কৈজা—অমদি থামুক কারম্মনি। অমদি ঙরাং নহান্তা মঙাইরি।

রাম—অদুদি নঙ নথম্তা করম্না হোটেল চালাইরিবা ?

কৈজা—খঙদে তাদা। গোপালনা মাই পান দোকান্দো য়াওহননি হায়দুনা মুপা মচা অমা হায়নমাল্লে। অঙাংদু ঙসিদগী লাকনি হায়বনি। গোপালনা হায়রিবা পাক্তিনা গ্লাস চাম্বসি য়েংবা য়াম মুংঙাইত্রে অদুনা নীপা মচাদু নোংমা নীনিদি পাজি শীজিন্নবিয়ু হায়রিনে গোপালমা। অঙাংদু অমুক শীজিন্নদুনা য়েংবা হায়দুনি।

রাম—মপা মচা হায়বসি কায়নবা য়াবা নত্তে। গোপালনা হায়রিবদু চুমপ্রবা বানি। নঙনদি কম্না গ্লাস চাম্নগনিদো। এঃ গোপাল লাকপু লাক্লেনে।

গোপা—মাম্মা ! কদ্মীরম্নি।

রাম—ইবুংঙো।

গোপা—মাম্মাবু চাগা থক্লবরাও? থক্লিরোইনে কৈমতা তাত্রবনিনা।
রাম—ইবুংঙো নঙ পাজিকা স্থম বাগ্নী ভৌরম্মীবনি।
গোপা—পাজি সে সিনা চা মনানি কেজি ৫নি। চিনি কেজি ২০ দগী হেন্না কংদে। হোটেল অমমমদা কেজি ২০ দগী হেন্না পীদে হায়রকই। শঙ্গোমদি শঙ্গোম য়োনবীনা পুরকপনিনা করে। মানা য়ৌরক্তিভৈদা তানজা চাদবদা শীজিন্নবা শঙ্গোম মকুপ কেজি অমগী টিন অমা লৈরক্লবনি সে। মাম্মা ঐ চা লোল্লুথিগে কমমথোকো।
রাম—হোয় হোয় মাম্মা কমমখিগে। ঙসিদি গোপালনা লোনবা চা থকখিবা তারে। কয়াদা মচিন মথা মুংশিপ্রবা অঙাংনোসে।
কৈজা—তাদা মামক লৈরমত্রবদি ঐ ফনা বাগ্নমগনি।
রাম—মমাহুনা কদায়দা চৎপ্রবা?
কৈজা—মমা লাইহোরী অহুবুরাও?
রাম—হোয়নে।
কৈজা—ময়াংহুদা চেনপ্রমাল্লে। মা হঙ্গিল্লক্তবা ফনা কুইরে।
রাম—অওইবরনে হায়রিসিবো।
কৈজা—অওইবনে তাদা অওইবনে।
রাম—উথিদবা ফনা কুইরে হায়বদি অহুননিদনা। মাবু নোংমা গোর্ব্বধন পুজা মুমিৎতা অথুম অহাও য়াম্না য়েল্লমদাইনে। মহুগী মুমিৎতা মানা ভৌরম্বদো অঙকপা অমনি।
কৈজা—মাদি অঙকপা ঙাক্তা ভৌবনি। মাগী হৈনবাল্লে মদো।

রাম—মহুগী মতুং নোংমা নীনিদি মাবু উরম্মী। অদৈ অহুম
মাগী মশক উখিদ্রে হায়বা!

কৈজা---চেনগ্রববুদি কদায় উরুনি হায়গে?

রান—ইবুংঙো নঙহুমে নপান থর ফরিখৈ মতম অহুদদি হায়বা
অঙকপা ফংনা অতোম্বী অহুগা ঙাওশিন্নরম্মীদো অহুদা।

কৈজা—অতোম্বী অহুসু অতোপ্পা মুপা অমদাময়ুম শানথোকখ্রে।

রাম—অহুদি নঙ খাংলি তাহৌরে।

কৈজা—কমদৌনি তাহৌরেদনা।

রাম—নপা নচাদা ঙাইহৌরে।

কৈজা ঙাইহৌরে। হৌজিক্তি ইচামুপা গোপালগী মতেং লৌহুনা
থরা থরা তেক তেক হোৎনবা হায়হুনি হিংনবা।

গোপা—মাম্মা সিদা চা লৈরে। পাজিগীসু। চানবা করিমত্তা
লৈরম্মোই হায়হুনা বিসক্যুট পেকেট মচা অমদি লৈরকই।
সি চাবা হায়হুনি।

রাম—য়ারে য়ারে ঐখোয় অনীগীদি। নঙহুম চাজো।

গোপা—মাম্মা ঐখোয় বাজিসে থরা ঙাংবিরম্মু। মুংদাং মুংদাংদদি
মাম্মা রা ঙাংনবা য়াদে। অয়ুক ওইবহুদা থরা ঙাংনবা
য়ারিবনি।

রাম—কল্পি বানোনে গোপালনা হায়রিসিবো।

কৈজা- অঙাং মচিন থীহুনা পংঙাং ঙাংজরিবা হায়হুনি তাদা।

গোপা—ঐবুদি চিন থীরবসু থীজরগে। নেপালি মচা অনীদো
চেনখিবা নত্তেয়ে ঐখোয় পাজিনা তানথোকখিবনে মাম্মা।

কৈজা—কয়াদা মচিন থীরিবা অঙাংনোসে। মখোয় অনীবু ঐনা তানথোকখি হেক্তা হায়জিল্লিনেসে। মহোয়না লোয়া চেনমখৈ চেনজগ্রগা।

গোপা—পাজিনা তলব পীদহুনা চৎপ্রবদি তানবগা মাঙ্গদ্রাও!

রাম—গোপালনা হায়বা চুম্মী। তলব পীত্রবদি মশানা চৎখিবা তাবনি। তলবকীদমক থবক তৌনরিবনি হায়বা।

গোপা—মাম্মা মুংদাং মুংদাংদা মাগী মরুপ অনীথক হেক হেক লাকই। মখোয়বু লাক্লবদি পাজি লোইরে। মখোয় অহুম্মক হেক তুদ্রিফাও থকপনে। হায়হুনা কায়দে, মাম্মা লাকলিদৈদা ঐখোয় পাজিসে খরা রারকপীরম্মু।

রাম—মুংশিং শিংতনা উনা লেঙবা হৌনদে। নঙনা তৌরুদনা মানা শাজিন্দুনা পংহায় হায়বদি ওইরম্মোইনে হাঃ। কৈজাও য়ারবদি নঙ থকপা চাবসে খরা হনবা কৈনে। তাধনসু অহল ওইশিল্লক্লেদো। নঙনা ভাব খরা তাত্রবদি কমদৌনি? এ গোপাল অমুক লাক্লেনে। অঙাং মুপামচা অমা পুরগা।

গোপা—বাজি, ঐ পুরকে হায়বা মুপামচাদো অহুনি।

কৈজা—করি লমদমীনো ইবুংঙোবু? নমিং করি কৌই?

থোই—থাঙবোক্তপীনি। মিংনা থোইরেন।

রাম—পিকপু পিকইদা। থবকপু ঙমগত্রনে। নমানা নঙবু শেল তাল্লু হায়হুনা করয়া থাদোকইবা খঙত্রেদা।

থোই—পিকঅম্বনে ঐদি য়াম হৈজাংনি। ইমানা ঐমু য়াওহনবা হোটেল ২/৩ শুরে।

কৈজা—থোইবেন লাউথিনা ইশা হা খলা হংগে।

থোই—কৈখো হংঙু। ঐনা ইশাদিমে শিখিবা কুইয়ে। মশক খঙহৌদে।

রাম—অঙাংমে মুংশিল্লেপকো মচিন মথাকানে।

কৈজা—নঙ হাল্লা থমক কদায়দা চৌরম্মী?

থোই—ঐনা ইহান হাম্না তৌরম্মদি থৌবালদনে। অদৈ শিংজমৈদা। শিংজমৈদগী তোল্লগা খ্বাইরম্বদ অমুক অদৈ শিদ লাক্লিসিনে।

কৈজা—মকম অহুম অদৈ কৈদোনা তোল্লকইবা?

থোই—থৌবালগী মহাজন দোকান মপুন্থনা শেল মাঙগনি হায়রুনা হোটেলগী বোয় ৩/৪ নিদো চাক অপুম্বা ইনশাং অপুম্বা অরেম্বদো হেক হেক পীজেয়ে। ঐখোয়না পুম্মে হায়রুরবসু মানা পংচৈ চৈরিব। অতুগা নমথুনা অপুম্বথু পীজরিবা। ইমানা থাগী তলব লৌবা লাকপদা ঐনা তম্বা অদৈ ইমানা তোকও হায়রুনা তোকপা।

কৈজা—শিংজমৈদগীদি?

থোই—শিংজমৈদগী হোটেল অদো ঐখোয় বোয় ৪ গুয়ে ঐনা ইশিক পীকএ। অঙাংসু ঐমা ইংই ওইবা। মখোয়না গ্লাস চাম্বদা তত্তমা কান্নবা অতুগা কোকশীনা মখোয়মা ঐঙোন্দা পংথং খংশা। ঐমা নাহুমা কপ্পগা মখোয়না মহাজন্দা গ্লাসশিংদো ঐনা থুগাইবনি আহুদা চৈরক্তনবা কপশিন্নরিবদি হেক্তা হারবা। খুমুমন্থু মখোয় অহুম চঙহুনা মী জৈজবা মত্তমদা ঐঙোন্দা হেক্তা কুইয়ে। ইমাম্মা থা তলপা

পৈশা লৌবা লাকপদা মাস অকায়বা ময়ামতুগী ককপদা উমাংগী পৈশা খিত্ত পীরে। তুককং কংখিদবদু য়াউরে। অদৈ অহুম ত্তোক্লে।

ফৈজা—খ্বাইরম্বন্দগীদি কর্মা ত্তোক্লকইখা?

থোই—খ্বাইরম্বন্দগীবো?

ফৈজা—হোয়নে।

থোই—থা ৩ দি ইমা লাকপদা কজনা তলবত্তো শুনা পীরম্মে। থা ৪ ত্তুরকপজগীদি অহুম পীখিদরে। ঐগু খুদা চৎলুগে হায়দুনা লাক্লে। অদৈ অহুম চৎত্রে।

ফৈজা—নঙ চা নীংখিনা লোনবা হৈক্কো।

থোই—হৈ।

ফৈজা—যোত্তা, তন হোবা, কাংত্তৌ ভোবা কাক্তি।

থোই—হায়রিবা পুম্নমক্কু লোইনা হৈগনি। তাগোপালগনু হাক্সা তাংনরবনি।

রাম—ফৈজাও নঙ বুদ্ধি তাবা মতম য়োরবনিকো। তাওরগনু থরা হল্লো।

ফৈজা—দাদা য়োরগেরা?

রাম—ইয়াম্বা য়োরগে। থোইয়েন নঙ নীংখিনা মরম ওক্লা লৈয়ুকো।

থোই—অং ইপন্ন।

ফৈজা—থোইরেজ নঙগী তাদা গোপালকু কদি কদি ত্তোগাদবনো হায়বদু মাক্কু তাকহন্নুকো। ঐ ফৈথেল ওহাত্তা গোকলুখিগে।

( ১০ )

(তম্ফাজাওগী য়ুমগী মাঙ্গোল। তম্ফাজাও অমসুং গোপাল মশু মপু অনী য়ায়ী শারি। তম্ফাজাও কমবককক্তা ফম্মী। মনাক্তা মোরা অমসু থাদুনা লৈ। )

তম—নীপামচা গোপাল, লাও মোয়াসিদা ফম্মো লাও। ঙসিদি ইশু ইপু য়ায়ী থয়া শাসি। হন্দকময়কসি নপাঙ্কবু য়ুমদা ইহন হনজিল্লকপা উদেনহে কমদৌয়িজাৎনো হা?

গোপা—উয়োই ইপুবোক! পাজি কৈনোমা ত্তোয়বনি। মুংতিগী সন্ধ্যা হেক য়াচংলকপগা মাগী ময়ূপ অনীম্ব হেক্তা লাকই অদুনা হঞ্জিল্লক্রিবনি।

তম—মহোয়দি কৈদৌয়িবা।

গোপা—কৈদৌবা হায়বু মখোয় অনীবু লাক্লবদি হোটেল খোঙ হেক্তা থিংজিল্লি অদুগা গঙ্গা থকইবা। গঙ্গাদা নম্ভে ইপুবোক হিদাকসু থকলিবা। ভায়ীদা থকজাৎনি। অনীদুনা ওক্তি ওক্তি, হায়দুনা বাজীগী বাকশী হাং হাংদুনা অশিংপা শেল মখৈ হিদাক লৈদুনা থক্তোকইবা মহানি।

তম—মদুদা নপানা কৈন্সু হায়রা?

গোপা—হায়দে।

তম—কমদৌয়ি জাৎনো অদুদি?

গোপা—হায়বদি লায়য়দনা বাজিনা বন্ধু বন্ধুকা হায়য়দনা কাংজৌ বোয়া য়োনখিবগী অয়েম্বা লৈ হায়দুনা পুখোয়কইবা অদুগা মখোয় অহুম মায়িদুনা চাথোকইবা। ইপুবোক বাজি মী ওইয়য়োই।

তম—থঙব্রেদা তৌরিসে।

গোপা—হোটেলস্থ নোংমা নোংমগী স্থম মুংথরক্লবনি। থর লৈরগদি বন্দ তৌরগনি। মসে শোয়ব্রবনি ইপুবোক।

তম—হিদাক হায়রিসিবু করিনোনে ? ইপু ভ্রাব তাবা ঙমব্রেনহে ঙাস্থক্তা হানন্দুনা থকপত্রনে ?

গোপা—নত্তে ইপুবোক হিদাক হায়বদি য়ুনে য়ু। হৌজিক্তি য়ুসে হিদাক হায়রগা থঙনরে অত্নুনে।

তম—মাবু মত্থ থক্তে তোক্লে হায়দায়নে।

গোপা—ভোক্তে কদায়দগী তোকদগে।

তম—তোক্লে হায়ত্থনা নোংমা ঐঙোন্দা লাইকা য়াম শোল্লমীদা মাবো।

গোপা—লাইশোন্দুদি হিংচাবীনা শরী শোনবগুম্বনে ইপুবোক। হায়দগীদি হেল্লবনে হৌত্তিক্লত্থন। মহোয়না য়ু থক্লগা কা শোংকে হায়রকি হায়ত্থনা ঐ দোকান ঙস্তা ঙস্তা লোল্লবনে। বাজিবুদি য়াররোইদা। লোকস্থ য়াম খুরবনি। কুইদৌবু মাস্ত্রে।

তম—নঙনা হায়রিসিনা মশোয়ব্রবদি নঙদি নরাইবক য়ান থীদৌরিদা কম্লো।

গোপা—ইপুবোক লৈরিসিদি।

তম—ইপুবুদি লৈয়ে অত্থদা অহল ওইরক্লেদো নঙগী নত্তেং পাংবা ঙম্মোইনে। নমা হায়র মফম মরাং থঙদনা মাঙখ্রেদো। কনানস্থ মাবু থিক্লবা তৌব্রেদো। নপানি হায় তৌরিসিনা

মরোল অমা মথোং কয়া চাখিজে। ইগুগী খরলবা ইপু বাদবা গুমনেনহে গোপাল।

গোপা—ঐ কৈহু বাখিদেশে ইপুবোক লৈরিবদা !

তম—নঙনদি ইপু লৈম্নি মহুাম্নদো। ইপুদি অতুল ওইরে ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলে হায়বা। নঙনা য়ুমলেপ চারা তমহৌরবহু রুবা। মহুহু থোকজিদো। নঙনা অঙাং ওইমনবসিদা খঙদেনে তৌদোবসে।

গোপা—ইপুবোক ঐ কৈমত্তা বাবা মুংঙাইতবা লৈতো। ঐনা মুংঙাইতবা হায়বু লাইরিক খিত্তং বাৎপজিতনি।

তম—অতুরিনে ঐনা মুংঙাইত্রিস্থু।

গোপা—ইপুবোক ঐ মেত্রিকসিতদি থাদোকসিরা হায়তুনা পাইভেত থানবা দোকান ফমা কমা থরা থরা হোৎনজরি।

তম—অচুম্নিদনা ইগুসিদি। নমা অহুদগা লৈজরম্ভ কগদবা। মীনা কানা কানি ঙাংনরবা রানি। পংঙাং ঙাংজরবহু নমাদোং মপুকচেলদি য়াম চাউবনি। মকু মনেমদা ব্যবহার কায়দবনি।

গোপা—ইপুবোক্তা ঐনা থমজিবিয়ু হায়তুনা পীশিনখিবা শেলহু লীশিং অহুম শুপ্রবা নত্রা ?

তম—শুরম্মনি। নঙনা পীবহু অমতা কায়দনা ইপুনা থম্মি ইগুগী মরলনি হায়দনা। অদো নঙ শীজিন্নিংব্রাও ? পীয়ু হায়ব্রাও ?

গোপা—হায়দে। হায়তুগী মথক্তা সে লুপা ৫০০ সিমগা হাপচিনবিয়ো।

তম—নপাতুম্বুনে নঙদোনা ভাব ত্তারদি কগদবা।

গোপা—শেলসে ইপুবোক্লা অহুম থমজিনবিয়ু। ঐগী শেন্দোংদো থুম থরা থরা ফুংশিল্লগা হাপচিল্লকে।

তম—হোয় হোয়।

গোপা—ঐ পান দোকানসে থরা চাউনা কম্নীংঙি। থরা চাউবা শঙ অমতং শানবা ইপুবোক্লা থরা শীনবিয়ু।

তম—অহুনি থুপামচা হায়সিদি। ইগুগী দোকানবু করি শাদনি শানি ইপু লৈরি।

গোপা—ঐখোয়গী ইংখোলসিদি শোরোক মপাম্নিদো। অহুগীসু মথক্তা হেক কাম্বোকপগা কৈথেল লৈরে।

তম—নহোয়না অঙাং ভুইরিদনা ত্তৌবনি। মহৌশাদি ঐখোয়গী ইংখোলসে শরেং নতুপ শাম্ন হায়হুনা মীনা প্রেপ প্রেপ তাম্নরিবনি। কৈ অকবা ইংখোলনি লৈজরগে কা হায়রিপোৎনিনে।

গোপা—মীনা পাম্বা চুম্মে। হোটেল কম্বা দোকান্নচিংবা কম্বগী-ঙমক্তদি খুদোং য়াগ চাগ্রবা মকম্নি। মমাঙ থংবা শোরোক ময়াম্নি ঐখোয় বাজিদা পীনি হায়দায় ইপুবোক্লা?

তম—হোয়নে হায়মে। নপানদি মহোয় মচিন মমাও অহুম পোকপদে মথোং ইচা চাদেদো। অহুদা তাংজকম থরা ফবসি মঙোন্দা পীসিরা থনবনি ইপুরা।

গোপা—খুড়ারাইমাখোয় খুড়াতোনহোয়দা পীখিনুকো ইপুবোক। ঐখোয়দা পীয়ুকো কো।

তম—নপাদবু পীরোইনে ঐদি।

গোপা—অত্তুদি কনাদা পীদৌরিবা?

তম—নঙোন্দা পীগে খল্লিবা ঐদি। নপাদা পীরুরগা মাগী নামাদা পাল্লি হায়তুনা য়োনথোক্লগা থক্তোকত্রবদি।

গোপা—মত্তুদি শোয়দ্রবনি হৌবোক।

তম—লুপা ৫০০ সি পীশিল্লবদি নঙগী লল্লোনশেনদি লৈহৌরিব্রাও?

গোপা—ওক্লবা লৈহৌরি।

তম - কয়া য়াম্নবু লৈরিবগেনে?

গোপা—পোৎ ওইনা হায়বদি চুরুট, বিড়ি, মৈখেৎ, কা মনা, জারদা, থাউ মনম মুংশিবা, হুকচাং সাবোন, সাবোন মকুপনচিংবা লুপা লীশিং অমমুক ওইগদরা অতুগা শেল ওইনা লুপা ৫০০ মুকসু ঐগী খুৎতা হৌজিক হৌজিক লৈরি।

তম—নখুৎতবু খরা লৈরবদি ফরে।

গোপা—খুৎতা য়াম থম্বসু পামদেয়ে। হেক্তা লোইথোকখিনি অতুননি।

তম—চুম্মী হৌজিক মতম ফজবনিনা। দোকান্দো থোঙ ঙম্না ঙম্না লোল্লু। মীনা ঙাওশিন্নতুনা খৎনবা হৌররবাদ খুম্মুসু থোঙ কোক লোনশিল্লগা হেক্তা চঙকউ।

গোপা—অতৈদি লায়রিনে। ঐখোয় পাজিনবু থা থা য়াথিদ্রে।

তম—নঙ বাজিনা কৈদৌররিবা?

গোপা—মানা মাগী মরুপ অনীহু লারুগা পানা শোৎকে হায়ররিবা।

তম—প্নীরুসু।

গোপা—পীব্রবস্থ মানা লৌ হেক্ত তপ্পী অদুগা চারিবা। মাগী মগান্নবগীস্থ মানা তপ্পীরিবা।

তম—অদুদি কদৌনি? ইশুগী দোকান মুৎপা তারে। মানা মুমিৎ খুদিংগী মতুম তৌররবদি।

গোপা—ইপুবোক ঐখোয় বাজিসে হোটেল কমগনি হায়বা ঐ কয়া থাজরক্তে।

তম—ঐস্থ থাজরক্তবনিনে।

গোপা—পোৎ চৈস্থ ইরৈ লৈশিল্লক্করে। কপ প্লেট গ্লাস চামস খরা নত্তনা।

তম—খঙত্রেদা তৌরিসে। কমদৌসি হায়বগে?

গোপা—বাজিনা করিগুম্বা হোটেল তোকপ্রবদি থোইরেন্দগী থর পীকপা অঙাং অমা থিরগা দোকানস্থ হোটেলস্থ অনীমক ঐখোয় অহুম্মা কমসিন্না খল্লিবা।

তম—নপাগী বাবুদি ঐস্থ থাজত্রবনিনে। নঙনা খল্লিবদো কৈ ইপুস্থ য়ানীংঙি।

গোপা—অদুদা ঐনা হায়নীংবা অমা লৈরিনে।

তম—নঙনা হায়নীংবদো হায়দোকউ লোইনা। ইপুনা হায়গদবদি মীনা মী শেম্বা ওম্বা নত্তেকো। মশানা মশাবু শেমজগদবনি। রেডিওদস্থ মশানা মশাবু থবক পীজবা হায়না তত্তনা লাউ-রিবদাইনে। মদো চুমপ্রবা বানি। মরমদা ওকউ ইপুস্থ লৈরিদনা।

গোপা—অচুদা ইপুবোক হৌজিক লৈরিবা শগ্ অম্বিদি মঙ্গ ইতা তাদেনে। ঐথোয় বাজিনা হেক্তা পংতৌ তৌশিনবনি।

তম—চুম্মী নঙনা হায়বা। থরা চাউনা মঙংতানা হোটেল পানদোকান কম্বা তারবদি। হৌজিক লৈরিবসিদদি য়ারোই।

গোপা—অনীমক কম্বা চম্নবা থরা চাউনা শঙ অমতং শানীংবা।

তম—মহু ইপুনা শোয়দনা শানি। নঙনদি অহল অমা ওম্না ঙাংবসে তারগা ইপুগী মিংতগী পি তাথিবা খঙহৌদেনহে। নপাবু ঐনা কোহন লাইহন্নি হায়হুনা মহে মশিং তম্নবা কয়ানো হোৎনখিবা। পুন্নমক উৎতা ঘী হৈবগা চপ মান্নখি করিমতা কান্নখিদেদো। মনাও অনীদি মী অমমম ওইথ্রেদনা। মাদি অরেম্বদা মাঙহুনা তোক্লেদনা।

গোপা—বাজিনী রাদি থন্নরগনুসিদা। থোইদৌ শাওগৎনবমি।

তম—হোয়। মন্থনা চুম্বা তাইয়ে।

**( Flash back closed )**

রাম—চন্দ্রো ইবো তারেদনা।

চন্দ্রো—তাজরে ইবাই।

রাম—মুংঙাইত্রা লক্ষ্মীগী রাশীসে?

চন্দ্রো—মুংঙাই ইবাই মুংঙাই।

( ১১ )

দিল্লীগী চাঁদনী চোক। চাঁদনী চোক্তা লক্ষ্মী দোকান চাউনা ফম্নি। সেলস ম্যান অহুম মরী লৈ। টেলিফোন

অনী লৈ। মানা ফজবা কা অমত্থ থমা মরুং হুজিন্না লৈ। মিংশেল্লনা পুমকোয় কোয়শিন্না থায়। কাগী থোঙম্থ মিংশেল্লনা শাজি। এয়ার কমজিশজি। শরুয়েং মিংশেল্ল দোকান অহুগী মফম চাবা চাবদা লৈ। মাগী কাদস্থ থাবি দিল্লীদা চাঁদনী চোকী কৈথেলদা হাইরেৎ চাউবা দোকাজি লক্ষ্মীগী. দোকাল্দো। )

লক্ষ্মী—হাইমা! তাদবু ঐথোয় স্তাদ রামধন নত্রনে?

রাম—মাগ্নি মাগ্নি ঐ রামধনি। ইরেম্মা নঙবু কনানো?

লক্ষ্মী—তাদ ঐবু খঙজ্রমাল্লে।

রাম—ঐ ভাব লাম্বা ফংদ্রে। ইরেম্মা কনালো হায়বদো ঐ নীংশিংবা থোজ্রেকো।

লক্ষ্মী—ঐ লক্ষ্মীনে লক্ষ্মী। তাদথোয়গা য়ুমলোননা লৈবদো। ভক্ষাজাওগী মমৌ গোপালগী মমা লক্ষ্মী।

রাম—হাইমা নঙ লক্ষ্মী ওইরেকো। নঙনদি মশগ ননা ইত্তেন তেম্না কক শাড়ী শেৎ লৈরম্বত্থদদি ইবুং নশক খঙলুদ্রেদনা। সিদদি নঙ কমদৌনা কৈদৌহুনা লৈরিম্না?

লক্ষ্মী—তাদ ঐ সিদা লাক্কুনা চাঁদনী চোক অসিদা দোকান মচা অমা ভারা লৌহুনা দোকান ফমজরি। ( মমিংস্তা ঈরা চেন্দুনা ) তাদা মথোং চাবা থবক নত্তেদা জীবা হিংনবা পংলৈ লৈরিবা হায়বত্থনি। হেক শিবা রাজবনিনা।

রাম—নঙবু সিদা লাক্কুনা লৈরবদি কয়া কুইরগে?

লক্ষ্মী—চহী অছমলোম অহুম্না কারম্মনি। তাদ মমুংদা লেঙসিনসি ঙহাক পোংথাকনবা। কনা কনা লোয়নরকপগে তাদবো।

রাম—ঐগা লোয়নরকপা হায়বু মথোয় অনীগা লোয়নরকই। ঐখোয় অছমতনিদা।

লক্ষ্মী—মমুংদ লেঙসনসে।

রাম—য়ানি য়ানি। নখোয় অনীস্থ লাকও চঙকও। ঙহাক লক্ষ্মীগী দোকান মমুংশিদা চঙঙ্খিসি পোংথাকসি হায়বা।

লক্ষ্মী—তাদ চৌকিশিং অসিদা লেঙশিনবিয়ু।

রাম—ঐনা নশক উথিদ্রে নবা নপাউ অমতা তাথিদ্রে হায়বদি অসিদা লৈরবা অসিননিদনা।

লক্ষ্মী—ঐগী ইচা মুপা গোপাল অহুবু তাদ!

রাম—গোপালবুরাও? মাদি মরম য়াম ওকইনে; মা পান দোকান মচা অমা ফমজরি। মপাগী হোটেল মনাক্তা। হোটেলস্থ কৈস্থ মানা পুন্না ফমগদৌরিবরা কন্নিনো থঙদে।

লক্ষ্মী—গোপালবু লাইরিক তম্বা তোক্লবা?

রাম—কদায় তম্মুরনি। মপাহুস্থ লোইরে ময়াংনা গুবীমুক্তা ঙাইরে কংবনা। লোকনা খুন্নিবা। হোটেলহুস্থ মানা ফম্বা ঙমনি হায়বা থাজরক্রে। গোপালনা মাগী পান দোকান্দগী তেক তেক তৌজহুনা খর ফংজরকপদো অহুনা মপা মচা মশুমপু মথোয় অহুম চান্নিমাল্লে।

লক্ষ্মী—ইকুবেঁকপু মমৌ অনীহুগা চাত্রনে?

রাম—চাদে। তাথনদি গোপালগা চায়। তাথন্না গোপালবু

য়াম লুনা ভৌই। তাধন য়াওত্রবদি য়ুক্তাওবা মপাছুগা গোপালছু মকম মরাং খঙয়োই হায়না ভৌত্রা খঙদে। তাধনদো গোপালবু কোয়শেন শেন্নরিবনি।

লক্ষ্মী—ইকুবোক্তো মা য়েক্তি ভৌহৌদেকো।

রাম—ভৌহৌদে। তাধনদি মশা শেংগ্রবনি নাবী য়েকপীপোৎ নত্তে। অছুবু চহী অমা অনীশিদি খংহন হমুসনবরা খল্লি।

লক্ষ্মী—মথবাই মুংঙাইতছুনা ভৌবা ওইরিনী তাদ।

রাম—মথবাইবু কৈদগী মুংঙাইগদগে। মচা অহল মথোং চাক্রে পুং ২৪ য়ু ঙাওছুনা লৈরে। মাবু খরা লুনা ভৌবিরম্বা চা খকপদা ওইরবস্থ হায়বা নও অমস্থ মকম মরাং খঙখিত্রে। মা গোপালগীদমক খনবদ্ধা হমুশল্লবনিনে লক্ষ্মী।

লক্ষ্মী—খঙত্রেদা তাদা। তাদনা দিল্লিদা লেঙবিরকইসিবু?

রাম—য়ে য়ে ঐখোয়বুরাও? ঐখোয় শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা তীর্থ চৎপা লাকপনি।

লক্ষ্মী—তীর্থ কোয়বদি লোইবিরবা নত্রা?

রাম—লোইরে লোইরে ইবেম্মা। যমুনা, রাধাকুন্ড, শ্যামকুন্ড স্নান ভৌরে। পোকঙমদনা গোকপা মপোকনিদো। পংনা লাকপা ঙম্বস্থ নত্তে লাক্লিহৈ অসিদা দিল্লি য়েংঙ্সি হায়ছুনা।

লক্ষ্মী—দিল্লীদা তাদখোয়বু কয়া কুইনা লৈগদৌরিবনো?

রাম—হোৱেল পুং ৭½ গী গাড়ীদা চৎগ্রগদবনি।

লক্ষ্মী—দিল্লী য়েংববু লোইবিরত্রা?

রাম—অয়াম্বা গুরমাল্লে খল্লি। চাঁদনী চৌক পোৎ হোংঙি

লৈবা মুংঙাই থ্রাইরম্বদোনা তৌই হায়রবহুনা অঙাংগী মুরিং খোঙগ্রাও মচা মঙ থরা য়েংসিন্না হায়রিহুনা।

লক্ষ্মী—অদুদি তাঁদ ঐগা চৎসি। ঐনা মগুনিনা কোরেইনগী ট্রঙ্ক কোল লাক্লবদি মখোয়না থঙনা থুবা ঙমলোইদবা অচুম্বনি। লাকখোক্লনা লাকপনিনা হায়বা তাদখোয়গী পোৎচৈ লৈবদো ঐগা চৎমিন্নগা লৈসি।

রাম—মুংঙাইজরেদা ইবেম্মা! ঐখোয়দি মীনৈ শিনা ময়াংনা খোঁক তৌবিবিদরা হায়হুনা মুংশা থিরিবা?

লক্ষ্মী—মুংশা থীবিক্লমু ঐ য়াঙদৌরিসিদি।

রাম—ইবেম্মাবু য়াঙরবদি ঐখোয় মুংশা থীগ্রে। মীনা লাকচবসু ঙম্মরোই মীনৎমু ঙম্মরোই। হা করি হায়গে।

লক্ষ্মী—তাদ লেঙঙসি।

(মখোয় চাঁদনী চোক্কী কৈথেল থুংনা চৎলুরে। য়েংবা য়াবা য়েংলক্লে লৈবা য়াবা লৈরক্লে। মখোয় হল্লক্লুনা লক্ষ্মীগী দোকান মমুংদা অমুক চঙগ্রে।)

লক্ষ্মী—তাদখোয় ঙসি লেঙবিগদবা লৈরবদি গোপালগা ইকুবোকগী শামতুগী নিংথমথা লিংনবা মুরিং অমমমতং পায়বিখো হায়রবু রাই চিল্লগদয়া?

রাম—চিল্লোই চিল্লোই। ঐখোয় ট্রেন্না চৎকদবনিনা পোৎ য়াবগী করিমতা অরাবা লৈরোই। থরদি ঙপ্পা তারে।

লক্ষ্মী—অদুগা তাঁদ গোপালগী লল্লোম শেল ওইনবা জুপা দীপীং

৫ ঙগা থম্না পায়বিৎো। মাগী পান দোকান অহু থম্না চাউনা কমজনবা।

রাম—এ কম্নিনোনে ইচলগীবু পুদবা য়াত্রা? পুথিগে ইচলমা হায়ববু। গোপালনসু হন্নাওজগনি, তাধম্নসু মমৌ মুপীমা ফুম্নিং পীরকই হায়চুনা হন্নাওবনা মী হেক খুদিংগী বাম্বী লৌগদবনি। কদায় কদায় পুথিগে।

## ( ১২ )

( তম্ফাজাওগী য়ুম। মাঙ্গোলদা ফমকমফক্না ফমচুনা হিদাকফু অমা তোংজৈ থাচুনা প্রোক প্রোক চিংলি। রামধন পোৎচৈ থম্না পুম্নমা চঙলকই। )

রাম—তাধন জয় জয়।

তম—রামধন নমাংনে ঐনা খুকমগবদা।

রাম—ঙরাং মুংদাং থম্না থেঙনা খুংলচুনা তাধনগী পোৎচৈ থিম্নকপা উধত্রবা। ঙসি অয়ুক্না ফবে হায়রচুনা।

তম—তীর্থ ঙমা চৎলকপরা? স্নান তৌরকপরা? কমদৌরকই তম্মুদনা।

রাম—তাধন ঈশ্বরগী কৃপাদগী তীর্থ ঙমা স্নান তৌজরকই। নবীদসু অপম অয়াক থোহলোকপা থেংনরক্তে। অনা অয়েকসু য়াওজরক্তে।

তম—কৈ কৈ। ঈশ্বরগী কৃপামি ইবুঙো।

রাম—সিনা গঙ্গাজলনি। সিনা মুর্ত্তিকানি। তাধন ঐদি হুন্দক বৃন্দাবনগী খোঙচৎতা থ্বাইদগী ওকপা অমা থেংনরকইনে।

তম—করিনোনে নঙনা হায়রিসিবু?

রাম—তাধনগী নমৌ চুপী লক্ষ্মীদো থেঙনরকইয়ে।

তম—কদায়দা?

রাম—দিল্লীদা। ঐখোয় দিল্লী য়েংঙু সি হায়চুনা বৃন্দাবন্দগী চৎলে। দিল্লীগী কৈথেল কাবদা থেংনবগী বানিদা।

তম—করম্মা?

রাম—করম্মা হায়বু লক্ষ্মী দোকান চাউনা ফমচুনা লৈরে। দিল্লীগী চাঁদনী চোক হায়বা মফমচুদা।

তম—ঐদি শিগ্রবোই নীংই।

রাম—কদায়দগী শিবিবা জাৎ নত্তে। লক্ষ্মী পাক শিরোই। শিবা নাবদি লায়রদনা মশক্তুম য়াম ফজথোকঅপোৎনি। মানা তাধনগী নিংথমথা লিৎনবা শামতুগী ফুরিৎ খুদাং-চোনবী অমা পীরকএ। সে।

তম—মাদি লংফৈদা লৈরবসু মকু লৈহৌরি হায়বদি কাউদবোইদো। কদায় কদায় ইমৌনা খোল্লকপা ফুরিৎতু ইয়াম্বদা চাত্রা য়েংগে।

রাম—গোপালগীসু শামতুগী ফজবা খুদাংচোনবী অমনে অহুপা লুপা ৫০০০ নে পীরকএ। লুপা লীশীং মঙাসে গোপালগী পান দোকানগী লল্লোন শেলগী মতেং ওইনবনে হায়রকএ।

তম—লক্ষ্মীদি মচা গোপাল অমদি মকু ঐবু কাউদনাল্লেদো।

রাম—তাখন ঐখোয়না চৎলমদাইদা অম্মীনা তৌহৌরদো চুসি খওবীং হেক্ক নীংশিংনকইদা।

তম—কৈদোহৌরিব্রা তম্মুনে ত্রাম্রিনে।

রাম—ঐখোয়না চৎলমদাইদা মা মঙ্গিৎতগী মপি তৈতখোক তৈতখোক ঐখোয়বু য়েংহুনা লেপ লৈহৌবদো কয়াদি মুংঙাইখ্রে।

তম—মুংঙাইত্তে হায়হুনা কমদি তৌনিদো। শিবা ঙাইনবা লৈবা হায়বহুনিদনা।

রাম—গোপালবু লৈত্রাও?

তম—লৈরমনি। হায় গোপাল! গোপাল লৈত্রাও? থোরকউ লাউনে। নমানা পীরকই হায়হুনা নঙগী ফুরিৎ ফজবকা পৈশাকা য়াম লৈরেসে। নঙ মাম্মা রামধন্না পুবিরকপনি।

গোপা—ইপুবোক লাকচরে। ইমবু মাম্মগা কদাইদা থেংনরকইবনো?

রাম—আ দিল্লীদা। চাঁদনী চোক হায়বা লাল কিল্লা মনাক্তা লৈবা কৈথেল অহুদা থেংনরকইবা।

গোপা—করি করিবু পীরকপগে?

রাম—করি করি হায়বু নপুবোকী নিংথমথা লিংনবা শামতুগী ফুরিৎ অমা নঙগী অমা অহুগা নঙগী পানদোকানগী লল্লোন শেল মত্তেং ওইনবনি হায়হুনা লুপা লীশিং মঙাগা পীরক্কই। তৌশিন্নু সে।

গোপা—ইমাদো লাকপগী বাদি হায়রক্কবব্রা?

রাম—বাফমহুমদি মানঙ্গু হায়রক্কে। ঐখোয়নঙ্গু হৌজোক্কমদরে।

মঙাং—ইপুমোক ইপুবোক চত্র হায়বা শুপ্পা অমা লাকহৌই।

রাম—চন্দ্র লাকহৌই হায়বা?

অঙাং—অং চন্দ্র কৌই হায়। মুপা অমা লাকহৌই। মানা হায়রিবা ইবাই রামধন অমুক্তা উনগে লাকপনি কা হায়রিবা। অতুগা ঐঙোন্দা অমুক্তা কৌরুচো শকফজবা হায়রে। অদা ঐ ইপুবোক কৌবা চেন্নকইসিনে। লাকও চৎসি।

রাম—তাধন ঐ অমুক্তা চৎচরুথিগে। মী উনবা লাকই হায়তুনা কৌবা লাকই। কোম্না অমুক লাকচগে।

তম—চো চো। কোম্না অমুক রারী রাতাই শাবা হায়তুনি।

## ( ১৩ )

( রামধনগী মাঙোল। কক অমদা চন্দ্র ফমতুনা রামধন ঙাইরি। )

রাম—হায়মা, চন্দ্র নঙ ওইরে।

চন্দ্র—ইবাই বৃন্দাবন্দগী থুংঙরে হায়বা তাবতুদা ইবাই অমুক্তা উনগে হায়তুনা। ইবাইবু জয় জয়।

রাম—জয় জয়। ঙরাং থুংঙৈনে। গাড়ী বেরা তৌতুনা খরা থেঙপ্রে থুংঙবদো। ইবুংঙো চন্দ্রো!

চন্দ্র—ইবাই।

রাম—ইশেন ইবাই মুংবাদা চীং ককপা মুঙ শুবদো নঙ নীংশিংলিব্রা?

চন্দ্র—ঠিকাদার লাক্তুনা ইশেন ইবাই নিংঙোল চাকৌবা রাওদবা কুমদো নীংশিংলি ইবাই নীংশিংলি।

রাম—ঠিকাদার লাক্তবগী শাওনীংবা কাউননবা ঐনা লীখিবা

বারী অদো নীংশিংলিদনা। মত্তুদা হেয়োইন শাখিবী লক্ষ্মী হায়বীদো থেংনরকএ।

চন্দ্র—ঐদি শিগ্রবোই নীংঙি। লক্ষ্মী হৌজিককাও হিংলিবোরে।

রাম—হিংদদি। মখোয়গুম্বদি পাক শিবিপোৎ নস্তেদা। হিংলিয়ে হিংলিয়ে। মানা মকুবোক্তী মচা গোপালগী পোৎ ঐঙোন্দা পীরকএ। মত্তু থিল্লুরিবা।

চন্দ্র—মাবু মচাকা মুংশিবা খঙিদরনে?

রাম—করি খঙদনি। খঙত্নবু মচাগী পোৎ থারকইবনি। মাম্বু মমানিনে মমা।

চন্দ্র—কদায়দা থেংনরকইবনোনে? হায়রিসিবো?

রাম—দিল্লীদা চাঁদনী চোক হায়বা কৈথেল অত্তুদা। ঐখোয়গী পোৎ লৈবদাকাকনে মানা মতেং য়াম পাংবিরকই। হিন্দ ইংরেজীকাক্তি করি হায়রুনি ব্রেং ব্রেং লোলিনে। চালাকপু ওস্থোক্ক লৈগ্রেনে ময়াংনকা লাকচ ওম্বগী বা লৈতে।

চন্দ্র—ওকগ্রে ওকগ্রে ইবাই! ওকই।

রাম—ওকফম থোকই। মা দিল্লীদা দোকান চাউনা কল্লি।

চন্দ্র—ঐনা ওকলিবদি ইবাই, মানা মতৌ করম্না দিল্লীদা দোকান কমলিবনো সিনিনে।

রাম—ওমগ্রবা জাৎনে হায়ত্নবা ত্তমত্নবা লোইবা নস্তে। মাগা মোরে লল্লোন চৎমিন্নবা ময়াং মচাত্নগা চৎমিন্নবা শোয়দনা ওইরমনি খল্লি।

চন্দ্র—হায়রিসিবু লক্ষ্মীসি ময়াংমুপাত্নন্না লোরবা জাৎলাও?

রাম—মতুংদাদি অচুম্ব হায়ম কুপরা লাঙ্গত্রে।

চন্দ্র—চহী থরগী মমাঙদা ঐখোয়বু স্রাগী ময়মদা ক্রানা কানি থর ঙাংনবা ক্তাগি।

রাম—চুম্মী চত্রো ঙাংনখি।

চন্দ্র—ইরাইস্নু অরুবাদনা।

রাম—চহি ৩/৪ গী মমাং অতুরাইদা গুইগত্রা খঙদে লক্ষী ময়াং মুপা অমদা চেনখ্রেদি হায়নখি। মাংগী মুপা হোটেল কম্বিবা য়ুভাওবসে মস্তম তৌবম্বা নত্তে কনা করম্বনি। তৌবগীবুদি মচিনডৈ নহা ওইরিডৈ মতমদা মাস্নু খরা ঙাওখি। কনানো মুপী অমগীদা মহাক য়ারোং ইনখ্রে হায়হুনা চহী ৬/৭ লোম মমুমদা হুন্নকখিদে।

চন্দ্র—অচুনা মুপীচুস্নু ঙাওরকপনিদনা। মুপানা হন্দোকপীরম্বা মুপীনবু মাঙদদি কনানা মাঙগদগে হায়বা।

রাম—অতুদা অমনা মুপানি অমনা মুপীনিদনা। লক্ষ্মী মুপীনি হায়বা মানা খর হনফম থোক্তবরনে? হৌজিক্তি অনীমক মাঙমিন্নরেদনা।

চন্দ্র—মতুদি মশানা তারবনিনে ইবাই। ঐনা খুাইদগী ভক্তিবদি মানা মতৌ করম্মা দিল্লীদা দোকান ফমতুনা লৈরিবা মতুন্না মঙকত্রে।

রাম—মাবুদি লক্ষ্মীনে লক্ষ্মী। মফি মরোল লেংলি চাক্কিক্যকতুদি হায়বা করিব্রু হায়গদবনো খঙদে মণিপুরদা প্রমান তৌনিংঙাই

দৈতেবো। মাগী দোকান্দা ভহাক থাগী তৌমরিঙৈ অদুদা হায়বা লাকপা টৌরিকোনসিদি অঙকপমিহে।

চন্দ্ৰ—অভাবা ঐখোয়কাও ঙকুবসিদদি অঙবা ইবাইদি করিগী ঙক্কমলোই।

ৰাম—মানা ঙাংনরিবহু শিঙ্গাপুরগনি হায়নে। প্লেনদা পোৎ থাগ্ৰবনি হায়না মঙোন্দা খঙহন্নকপনে হায়য়ে। ঙাইখো শিঙ্গাপুর হায়বহুবো কদোমদা লৈবগে?

চন্দ্ৰ—ইবাই নোংপোকলোমদনি। ইথৎ অমগী মমিংনি। লল্লোন ইতিক কারবারদা মমিং চৎলিবা মফম অমনি।

ৰাম—মহুবু ঙক্কা হায়বা? চালাক্কি লৈগ্ৰবা মুগীনিদা।

চন্দ্ৰ—লাইপোক্কে লাইপোক। মানা চালাক লৈবহুনবু দিল্লীদা দোকান ফমহুনা কারবার তৌবা ঙম্লিবনে :

ৰাম—ইশেন ইবাই ঐখোয়না নোমলিবসে নোমগ্রেনা শুগ্রেনা ইপুম থীৎমথৈ বাছার লম্বী, মোরে লম্বী ঐখোয়গী থুৎতা থাও-থ্রিবনিদনা। লম্বীশিং অসি ফাওনবা হোৎনবদা চীং ককথ্রিবা লৈপাক খোৎতোকখ্রিবা কয়ানো?

চন্দ্ৰ—অঙকপনি ইবাই।

ৰাম—মহুদা ঐখোয়না ফংলকপা শেলদো চাবা ফাওবা কোম্নখিদে হায়বা।

চন্দ্ৰ—কোম্নখিদে।

ৰাম—অহুগা লক্ষীদি তাদ! গোপালগী পানদোকান ফমলিহুগী

লল্লোন শেলগী মতেং, ওইনবা হায়রুনা লুপা লীশিং মঙাসিতা পুবিখো হায়রুনা শৎ হেক্তা লাম্বোয়কই।

চন্দ্র—খঙদে ইবাই মী মচাই মরাইবক্তি। লক্ষ্মী হায়বী লুপী অসিমক্তি মখুৎ মশা খরা শাংমাল্লেনে।

রাম—মাই মখুৎ শাংবগী বাদি করি অমুক হায়রুনি। মাই মখুৎ অশাংবদুনা লাম লামদুনা দিল্লীদা দোকান কন্থা ওল্লিবনিনে।

চন্দ্র—লক্ষ্মীসি ঙমদি ঙমগ্রেদা ইবাই।

রাম—ঙম্বদুনবু আ ভারতকী কোল্লুং রাজধানী দিল্লীদা দোকান ফল্লিবনে। নখোয় ঐখোয়না ঙম্ব্রাও?

চন্দ্র—হোয় ইবাই অদুগীবুদি। ইবাইনা বৃন্দাবন চৎলুবগী বাদি অমতা তাদ্রি।

রাম—লক্ষ্মীগী বারীদা তীর্থগী বা কাউথোকলুরেদনা।

চন্দ্র—বৃন্দাবনগী বারীদো অমুক তৌবিরো।

( ১৪ )

( তম্ফাজাওগী ইমুং। অহীং মী পোং পুন্নমক তুম্না হিপগ্রে। নোংয়াই মতুংনি। )

গোপা—ইমা!

তম—গোপাল! গোপাল! খুমদে মঙলাক্লরমাল্লেনে? গোপাল মঙবু তাত্রবরাও ইপুনা কৌরিবসে। গোপাল।

গোপা—ইমা! ইমা নঙ চোংথোরকও কায় মন্নুংদৈ। মৈনা চাকপা তাৱে ইমা। ইমা নঙ চোংথোরকও চোংথোরকও।

তম—গোপাল হৌগৎলুসে। নঙ নথবাক্তা নখুৎ থমহনা লোংনা হিপ্পমাল্লেনে। সে নখোঙ নখুৎ থেকপীগেসে। নমিৎ পাঙংঙো সে নমিৎ পাংঙোসে।

গোপা—উম—ম—ম উ—ম—ম।

তম—ইপুনা স্নুক য়াম্না কৌববু নঙনা সুখুম খুমত্রিবু করিগীনো গোপাল নঙবু তাত্রবরনে?

গোপা—হা.... ....। তায় ইপুবোক। ইপুবোক্না কৌবা পুম্নমক্তো ঐ লোইনা তায় খুমদোক্কে হায়বা স্নুকঙম ঙমদে ইপুবোক অহনবি।

তম—নঙ হৌজিক্তি মিকপ থোক্লেদনা।

গোপা—থোক্লে।

তম—ভাব তাৱে হায়বা।

গোপা—তাৱে ইপুবোক! অহানবদা ঐ কমহাই তৌরকই?

তম—তৌরকপা হায়বু নঙনা ইহান হেক হানবদা 'ইমা' হায়না য়াম্না হৌনা কৌরকই। অহদগী ঙেক ঙেক শংলকই।

গোপা—ইপুবোক্না কৌবদো তাম হায়বা য়াওনগে তৌবস্ত ঙমদে খুমগে তৌবস্ত খুম্বা য়াদে থৌনাওসে ইফা ফাজিল্লি। লাউগে হোৎনবা ঙমদবহদা শংঙিবনে ইপুবোক।

তম—নঙনা খুম্মক্ত্র বহদদি ঐ ফম্মুংদগী হৌগৎহনা লাক্লগা নশা নোমহনা হৌদোক্লরিবসিন্দিনা।

গোপা—ইপুবোক ঐ মঙ য়াম ফুংঙাইতেবো। ( মপি তৌথোকপী
ফুং ফুং কপ্পা )

তম—নঙ মপুক ফুংশিং কাব্রাগু ?

গোপা—কাদে।

তম—হেয়া ইবো মঙ হায়বসিদি মঙনিংদনা। মঙদা থোকপা
থোদোকপু তাইবংদা থোকই হায়ব্রাও ? হয়েং নোংঙাল্লিগী
মরাইনা কাউজগ্রগনিবো তুম্মো তুম্মো। ইপুম্ম ইপুগী ফম্মুংদা
চঙলগে।

গোপা—ইপুবোক ঐনা মঙদা উরম্বদো ঐ য়াম্না ফুংঙাইতে।

তম—করি উরম্বগেমে ?

গোপা—ফুংদাংদা মঙ তমহৈদে হায়নবদাই ?

তম - অং হায়নৈ। ফুংদাংদা মঙ তম্বা হৌনদে ইশুনা হায়বা চুম্মী।

গোপা—অদুদি হৌজিক তম্মরোই হয়েং অয়ুক তম্মগে।

তম—হোয় হোয়। নঙ নীংথিনা তুম্মুকো মথবাক্তা খুং থমগদ্ধু
চেপনা হিপ্পু। লোংনা হিপকত্ন। ইপু চংলে।

গোপা—হোয় ইপুবোক।

( মথংগী ফুমিং। অয়ুক তম্ফাজাও ফমফম ফক্তা ফমদুনা
হিদাক থক্লি হিদাকফু তোংজৈ থাদুনা। গোপাল ইমুংদগী
থোরকই। )

গোপা—ইপুবোক ঙরাং অহীং ঐমা মঙলাক্লবদো অদুগী মঙ তম্নগে।

তম—তম্মো তম্মো তাম্নসি।

গোপা—ইপুবোক ঙরাংগী মঙদো ঐ য়াম ফুংঙাইতে।

তম—কৈদৌরিবগেনে ?

গোপা—ইপুবোক স্নম তৌবা জাংনি। ঐগী মতম্দা ঐ অসি চানা অঙৌবা য়োনবা গুইনা তৌই। শোড়োক অচৌবা অমগী চিদাইদা হৌবা ও পাম্বী অমগী মথোত্তদা য়ৌল্লি।

তম—নঙনা হোটেলদা চানা কাংঙো য়োনবা অতুদা পংউ উবা গুইরিনী।

গোপা—নত্তে ইপুবোক। পোংশিংস্থু য়াম কৈ। মুর্গী মুপা অঙাং শুনা লৈ ঐগী চানাহু। লেপ লেপতুনা চারগা লৌইরগা চংখি। অমতা পুহুনা চংখিদে।

তম—কনামতা পুখিবা য়াওদে।

গোপা—য়াওদে শোড়োক অচৌবা অনানবা অতুদা গাড়ী মরু ওইনা কার কজবা জিরি জিরি চেল্লি অতংপা লৈতনা। মরক মরক্তা মাল পুবা গাড়ী ট্রক, অতুগা মী তোংবা বস গাড়ী, স্কুলগী বস গাড়ী চেল্লি। মরক মরক্তা ফদিগোম থুংশি হিদাক মনম থুংশি থুংশিবা নম্মকই। ঐনা কদায়দগী মনম্মো হায়না য়েংথোকলুবদা শগোল গাড়ীদা হাপতুনা লম্বীগী চিদাইদা পুবা উই।

তম—শগোল গাড়ীশিংহু পীক পীক থনব্রাও ?

গোপা—থল্লি। অতুবু কদায়দগী লৌরুরিবনো ?

তম—আ লৌবুক্তগী। মখোয় ময়াংদি য়াম্না নোম্বা কনবনে। নঙগী মত তম্বু লৌইরব্রাও।

গোপা—লোইদ্রি। লখীকাহ্ লুপ্রে কজপ্রে। মীস্থ য়াম কুংঙি। অহৃদৈ ইপুবোক।

তম—অদৈ কৈদৌরবগে লীয়ুনে তাসিনে।

গোপা—মক্ষমদো মৈতৈ অমতা উদে হায়বা। অহৃদৈগী কদায়দগীনো থঙদে ইমাদো মানবা মুপী অমা ইথঙ থঙহৌদনা ইমাঙদা হেক লেপলেঁ। ইমানি হায়বগুমস্থ তৌই। মুপীহ্না ঐঙোক্সগী চানা অঙৌবহ্ লৈহ্না চাবগুমস্থ তৌই। ঐনা হায়—মমাদৈ পৈশা লৌবা হৌনদে। মমাদা পৈশা লৌহ্না পোৎ য়োনবস্থ ঐ তৌজরোই হায়বদা মুপী অহ্না—ইমাগী ইবুংঙো গোপাল লৌগদবনি। লৌ লৌ হায়হ্না নমহ্না পৈশাদো পীরম্মী। মুপীদো ফিরুক হাইফেৎ খুম্বগুমস্থ তৌই। অহৃদগী ময়াং মুপা অমনা নমহ্না মুপী অহ্বু চিংথি।

তম—মঙদা উবা মুপী অমবু চিংগ্রগা নঙনা করিগী নপি তৈ-থোকলিবনো? মঙদা উবা থৌদোকপু তাইবংদা থোকপা হৌনব্রাও? নমা ময়াংদা লৈপ্রে হায়না মীনা প্রংঙাং ঙাংনবহ্দা পংউ উবা জাৎনিদা।

গোপা—ইপুবোক ঐ থবাই য়াম মুংঙাইতে।

তম—করিগীনো ইশুনা থবাই মুংঙাইদ্রিবো?

গোপা—মুপীহ্বু ময়াংহ্না চিংগ্রগা মাগী কার মমুংদা নমশিনথি। অহ্গা কার মমুং অহ্দা ফমহনথি। মুপীহ্দি থৌদো অহ্ কয়া য়ানীংদবা মাল্লি। চৎলোইদবগী ফম্মোইদবগী কন্না হোৎনথি। অহ্বু ঙমথিদে। মুপীহ্না কন্না লাউরম্মী।

( মঙ তম্মা হৌবা )

লক্ষ্মী—ইমাগী ইবুংঙো গোপাল ইমাবু খর কল্লু। ইমাদা হায়বসি নঙ তাদ্রে। কনত্রবনিনা গোপাল! ইমাগী ইবুংঙো ইমা চৎলগেকো। ইমা চৎলে গোপাল ইমা চৎলে।

গোপা—করিগীনো নঙনা ইমাবু ফাতুনা পুরিবা? করিগী কারদা চিংখৎলিবনো ?. করিগী কার মচুংদা নমতুনা কমহল্লিবনো? ইমা মশানা য়াদে। ইমা থনম্মো। ইমা পুখিনো। ইমা পুখিবা য়ারোইয়ে। ইমা থনম্মো।

লক্ষ্মী—ইমাগী ইবুংঙো গোপাল! ইমা চৎতবা য়াদ্রে। ইমা চৎলগে। নঙ ইমাবু বারৌগন্নুকো গোপাল।

গোপা—ইমা, ইমা, ইমা চৎখিনো। চৎখিনে: য়াদ্রে।

লক্ষ্মী—গোপাল, পাক চাউরবা মালেম তাইবংপাল অসিদা ঐখোয় মীওইবনা পোক্লকপ। মতমদা ইতোমতা পোক্লকপনি শিরা মতমদসু ইতোমতা শিখিনি। তাইবংদগী হনখিবা মতমদসু ইতোমতা হনখিগনি। কনাসু লোয়নবা য়ারোই। গোপাল নতোমতা সংসারসিদা হিংননবা ঙোৎনহৌ ইমা চৎলে।

গোপা—ইমা ইমা ইমা চৎখিনো। চৎখ্রে ইমা চৎখ্রে। গাড়ী থৌখ্রে। থাম্বা য়াদ্রে। গাড়ী থেংগাইনখ্রে। গাড়ী মৈ হৌরে। ইমা মৈ চাক্লে ইমা কনবিয়ো ইমা কনবিয়ো। ইমা মৈ চাক্লে ইমা কনবিয়ো ইমা ইমা। ( মঙ তম্মা লোইবা ) অহুম্মা ঐনা কন্না কৌবদা ইপুবোক্লা ঐবু হৌদোকপীরকপনি।

তম—এঃ ইণ্ডসিদি মখু মণ্ডমি হায়রমা হেক খন্দোকউ। মণ্ডদা খোকপা থোদোকিপু তাইবংদা খোকপা হৌমদেদ্‌রা।

গোপা—অদুদা ইপুবোক। মণ্ডগী বাদু নীংশিংছনবা লৈ। ঐ খরাই য়াম জুংঙাইতে।

## ( ১৫ )

( গোপালগী হোটেল অমসুং পানদোকান। হাইফেং চাউনা য়েংবা য়ানা তরু তনাম্না ফম্বা যাম্লি। গোপাল মাগী কাউনটরদা ফমদুনা হিসাব তৌরি। মপুবোক তম্ফাজাওসু হোটেলগী মতাই ওইরম্বা থাবা বেঞ্চ অমদা ফমদুনা চা থকলি। তানজা অদুদা অবতারসিং চঙকই বেগ অমা মখুৎনতা পায়। )

অব—গোপাল নঙদি হো'টেল য়াম্না চাউনা ফজনা ফমলমলেনা।

গোপা—নঙবু কননো ?

অব—চুম্মী, নঙদি ঐবু শক খঙলম্লয়োই। ঐ নঙগী মরূপ অমনি।

গোপা—কয়ি ? করি হায়রবা ? নঙবু ঐগী মরূপ।

অব—মাম্নি। নঙগী অমতা ঙায়রবা মরূপনি ঐহাকসে।

গোপা—নঙ ঐগী মরূপ নত্তে। নশক খঙদে চংথোকখ্রো চংলু।

অব—চংলোই নঙনা ফুদুনা তাল্লবসু ঐ চংলোই। ঐ কনানো হায়রবদো তারুগা খঙগনি। শাউগন্মু গোপাল। শাউগন্মু।

গোপা—অদুদি তাক্লোদনা কনানো হায়রবদো।

অব—ঐগী মিং অবতারসিং কৌবনে। খঙলবরা?

গাপা—অং খঙলে। ঐগী ইনাক্তা নঙ কৈদৌ লাকইনো ?

অব—পাউ অমা তমগে অহুগা নঙগী পোং মথেন্দু শীগে হায়দুনা।

গোপা—করি পাউ? করি পোং?

অব—নঙগী ইমা লৈত্রে। নঙগীদমক মানা থনম্বা পোং শিন্নরু, লাকপা।

গোপা—অহুবু পাউরাও? ইমানা কদায় চংথ্রিবা?

অব - চংখিবা নত্তে। শিথ্রবনে শিথ্রবা।

গোপা—করি? করি হায়বা ইমা শিথ্রে হায়বা ?

অব—শিথ্রবনিনে।

গোপা—বাবু নঙ ওইদবা য়া ঙাংগনু। ঐ ইপুবোকী মফমদগী লোইনা তায়বনি। নঙনা ঐগী ইমাবু দিল্লীদা পুখি হায়।

অব—অচুম্বনি পুই। নঙগী ইম'দো ঐনা দিল্লীদা পুবনি। অদো হৌজিক্তি মহাক শিথ্রে সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। সংসার অসিদা নঙগী ইমাদো লৈত্রে হায়বকো।

গোপা—বাবু থোক তৌগনু ঐ থাজদে। নঙ চালাক য়াম্না হৈবা মীনি হায়নৈ।

অব—চুম্মে ঐ চালাক য়াম্না হৈ। অদো নঙগী ইমা শিথ্রে হায়বদি অচুম্বনে তশেংনা চুম্বনে চালাক নত্তে।

গোপা—খঙত্তে ঐনা থিরক্তনবা হায়দুনা নঙনা ইমাবু থাদোক্লোইদবগী শিথ্রে হায়জিন্নরিবনে। নতাং তৌগনু ঐঙোন্দা

অব—নত্তে গোপাল। সে নমাগী ভাইয়ীসিদা লৈয়ে। নমানা

ডাইরীসিদা ইরম্বসে অসি পাউ। নঙগী ফোটো মচা অমত্তু ডাইরীসিদা থেৎলিবনি য়েংঙু। নঙনা অঙাং ওইরিঙৈগী ফোটোসি।

গোপা—ডাইরীত্থু ঐঙোন্দা উৎলুনবা ইমাদগী মুক্তকপা নত্রা?

অব—নত্তে। গোপাল নঙ ঐবু লায়া লৌগন্থু। সে সিকা বেঙ্কী পাস বুকনি লৌশিল্লু। নঙবু নমানা নোম্বিনী হাপলম্বনি। ডাইরীগী লোইরমদাই চেনাদা ইরিবত্থু পাউ নঙোন্দা ইরম্বনি।

গোপা—মীনম্বনি। ঐ থাজদে। ইমা কৈন্তু শিরম্মোই। নঙনা ঐগী ইমাবু লোৎলিবনি। ঐগী ইমাদো পুবিরকলো।

অব—শিপ্রবা নমাবু ঐবু কদায়দগী লৌরুগদগে?

গোপা—বাবু ইমা ইচা অমুক্তা লৈমিন্নজগে। ইমাগী সুংশিবা হায়বদো ফংজরক্তুবা গোপালনিনে বাবু। নঙনা ঐবু সুংশিবিয়ো। ইমা পীয়ো ইমা কৈন্ত শিরম্মোইয়ে। নঙনা হায়জিনবা ওইরমগনিয়ে। ইমা লৈরমগনি ইমা থরা পুবিরকও ইমা পীয়ো। পাজি শিবত্থু থা ৪ রোমতা মঙাইরি। ইমা ইপা য়াওদনা ঐবু ইথরুতা করম হিংঙু হায়রিবনো বাবু ইনা পীয়ো ইমা পুবিরকলো।

অব—গোপাল নঙ ঐঙোন্দা বাবু কৌগন্থু অংকল হায়না কৌ। অংকলনা হায়রিবা অসে মীনম্বা মত্তে। অশেংবনে অশেংবা নঙগী নমাদো দিল্লীগী মী কুংপ্রবা মফম অমদা কার এক্সিডেন্ট তৌত্থুনা শিপ্রবনে গোপাল নঙ ঐন্থু থাজৌনে।

গোপা—ঐ থাজদে। অংকল নঙনা ইমা পীয়োইদবগী ঐঙোন্দা

খোক তৌরিবনি। ঐ দিল্লীদা চংকনি ইমা খিরুনি। ফংত্রিকাও থিগনি।

অব—গোপাল নওগী নমাদি শিগ্রবনি সংসার অন্নিদা লৈত্রে। নওনা থিরমন্থ ফংজরোই। শিগ্রববু করম্বা ফংগনি।

গোপা—অংকল নওন্থ ইমান্থ খোক য়াম হৈ হায়রৈন। ঐঙোন্দা নওনা খোক তৌরিব'ন। মীনম্নিবনি। নখোয় অনী চওঙনা ঐবু মীনম'লবনি। ইমা পীন্থু ইমা পীদবা য়ারোই।

অব—ঐনা করি হায়রগা গোপাল নও ঐবু থাজগদগে?

গোপা—অংকল নওনা হায়বা অমতা ঐ থাজদে।

অব—ঐ হায়কম খওত্রে গোপালনা ঐবু থাজত্রে। দুর্গা নও লাকুনা নচাগী রাহংগী পাউথুমসে অমুক্তা পীরখোনে দুর্গা?

গোপা - অংকল নও নচিন য়াম থী। নওনা কৌরিবত্থু ইমাবু নত্তে। ঐগী ইমাগী মিং দুর্গা কৌদে লক্ষ্মী কৌই।

অব—চুম্মী নওনা হায়বা।

গোপা—অকল নও কপশিন্নতুনা কান্নরোই। শেয়ান তুয়ান খুরা হায়জিন্নগা গোপালবু মীনম্বদি য়ারোই খওরা?

অব—নমাগী মমিং অশেংবা লক্ষ্মী কৌবনি চুম্মী। দুর্গা হায়রিবা অসিনা ঐনা থোনজবা মমিংনি। ঐথোয়না কালাবাজার তৌমিন্নবদা মীনা ফাবা ঙমদনবা মিং ২/৩ থোনবনি।

গোপা—খওলে অংকল নওসে মীনম্বা ঙাংবা ওইদবা রা হায়জিনবদা হালেংবা লৈতবা মুপানি। ঐ নওবু মুপথা থাজদে। থাজরা ঙম্মদে।

অব—ঐবু থাজত্রবস্থ নমানা মাগী ডাইরীদা ইরম্বসে অমুক্তদি পাখো। সে সিদা লৈরে। পারো সিনিনে। পাবা লোইরগা কোয়া বা ঙাংনসে।

গোপা—নঙনা ডাইরী অমা খুল্লগা হেক্তা ইশিনবা নত্রাও ?

অব—অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ পাদদি পাখোনে গোপাল।

গোপা—কদায় কদায়।

( ডাইরীদা ইরম্বহু মমাগী খোঞ্জেনদা পাবা )

ইমাগী ইবুংঙো গোপাল !

ইমাদি মপোক থীরকপনা অমদি নোংদম থীনা তম্নকপনা ইচাবু কোনবা ফংত্রেকো। নোংমতা ইমানা নঙবু কাউবা লৈতে। মুমিৎ খুদিংগী তুমলমদাইদা নঙগী কোটোসে য়েংলগা ইচাবু কোন্দুনা তুম্মী। মতম অমদা নঙবু পোকপা পাজিনা নমা ঐবু মীরাইখি। নঙ অমসুং ঐবু হুন্দোকম্নগা অতোম্বীগী মমাক্তা লৈখি। চহী ৭/৮ লোম অতুম ওইগদরা থঙদে ঐ বাম্না কপ্পুনা শাংলকখি। ঐনা কপ্নহু নঙ উখি থঙখিনি হায়দুনা নথরাই মুাঙাইখিরোই হায়দুনা নঙ উদনবা কম্না লোৎখি। নঙ পাজিনা মাই মুপী অতোম্বীহু কারদা হাপতুনা পুই। নোংমতা কাংদে মখোয় অনী চৎমিন্নৈ। সিনেমা ত্রামা য়েংমিন্নৈ। ঈশৈ লোংমাই তাবা চৎমিন্নৈ ঐগী ইমাঙদা লেম্না লেম্না তৌগে হায়বা মতাগুম। মহু উবদা ঐ কয়াম চাকখি, বয়াম শাওনীংখি, কয়াম কাপ্পৌখি।

কম্লক থম্বনবনা মাঙওইনখিহুনা অক-কক্ত খনবা নংখিদে। মাগী মমাঙদা ঐহু অমুক্তংদি হায়হুনা মুপী অমনা মমা ওইবী

অমনা তৌবা হৌনদবা থবক কয়া পাঙথোকখি। নীংশিংনুবদা তুঙুংবন্থম পোকই। ঐনা কাইনথংদা অংকল অবতার থোকনখি। অন্থদগী ঐমীস্থু কায় অনা লৈখি। অংকল অবতারগা লোয়নননা ত্রেক চেল্লি কারন্থুদা। অঙকপা ফংনা শেন্দোং ফংখি। ঐনা ইচাবু থাদোকলক্ষ্মী হায়ন্থনা ইমাবু থারৌগন্থকো গোপাল। ফীভম্মা য়াদন্থনা তৌবনি।

ইমাগী ইবুংঙো গোপাল। নঙবু পোকপা পাক্তিস্থু লৈখিত্রে হায়না তায়। মমা মপাগী মুংশিবা ফংদনা অঙাং ওইরিবা জগৎ সংসার অসিগী লনযাংলবা লম্বী খঙন্দ্রিবা নহাক্কা কনাগী মতেং য়াওদনা নশা নরোমদাম নোমজন্থনা, শুজন্থনা হিংজরি পানজরি, মীমান্নবা হোৎনরি হায়বা তাবদা ইমাগী থম্মোইনা কয়াম পেল্লি কয়াম মুংঙাই। ইমাগী থম্মোইদা ফাওরিবসে নঙদি খঙলমলোই। নঙগুম্বা মচা অমগী মনা ওইজবা ফংবদি পুন্থনি। অন্থবু গোপাল নঙনা পাখঙ ফারবপনী মথোং কারকপগী চেংলৌ শক্তমদি পাপ চেন্নবা ইমাগী মিৎসিনা উত্তবা যংত্রেদো। মমিসি নঙনা মঙনা অঙাং নাবা ওইরিবৈগী মমিসি নস্তনা। ইমাগী ইবুংঙো নমাদি মীন্নুংশি খঙদবী পাপচেনবী শাওইবী মমা অমা ওইবনা ইমা হায়না ইচানা কৌবদো তাবা ফংত্রেকো নাকোংসিনা। নঙন্থ পাক চাউথ্রবা মালেম ভাইবংপাল অসিদা লৈরিবা মমা কনাদা ইমা হায়না কৌরুগনি? থন্নুবদা থম্মোইদে কাথেন্নবনিমে গোপাল থম্মোইসে মচেৎ মচেৎ তানা কায়রবনিমে। ইমাই ইবুংঙো।

ইবুংঙো ইচাইদমক ইমানা তনলম্বা খুদোল থরসে নম্না মীম্নুংশি থঙদ্রবী, মপুকথোক্কী মচাবু ম্নুংশিবা হৈতবীনি, শাওইবী মমানি থন্দুনা লৎনবা ভৌগন্নকো ইমাগী ইবুংঙো। ইমানা ইচাবু ইমাগী ইবুংঙো ম্নুংশিবা হায়না চিনসিনা কৌজবা ফংগ্রেদো। চেসিদা ইরম্বা নত্তনা। লংজরুবা ইপাপকী মহুয় ঐনা ফংদনা কনানা ফংগনি? কনাদা কবিবু হায়রুনি। হন্দক মপোকসিমগীদি ইমা ইচাগী মন্নী অসে মসিনা লোইবা তারামাল্লেকো। নঙ ইমাবু বাল্লৌগন্নুকো ইমাগী গোপাল।

গোপাল! ইমা রাফম অমতগা হায়গে তাও। অংকল অবতারসে লমচৎ নাইদবা ম্নুপা অমা নত্তে। মপূকচেল য়াম্না চাউবনি। ঐগী হাকন চঙবদা মহাক জেলদা কয়ারক হল্লা তারুম্ববনি। মাগী মপুন্সীগী ওইজবা কয়া থাদোকপ্রবনি। মাবু লাম্না লৌগন্নু। মাদি ইমাগী কারবারগী মক্লপনি। অতৈ অতোপ্পা মন্নী লৈনদে। ঐদি শাগেগী মৌ ওইহ্নুনা হৌজিকস্তু লৈরি নঙনা শেংনা ইমা কৌবা য়ানবা। ইমানা হায়রিবসে নঙ থাজৌ অশেংবনি।

অরোইবা ওইনা ঐনা লৈখা তাখিবগী রাফম সিমতংদি ইমানা নঙগী নফমদা ফোঙদোকনীংঙি। অঙাং ওইরিবৈদা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎলকপা মতমদা হৈনহনখিবা তম্বীখিবা হৈনহনখিবদগী হৈরকখিবা, মমৈথংদা হৈনবী ওইরকপা হায়বসিমন্নু পাক হেক থাদোকপা ঙমদে। ঐবু নত্তবা লম্বী চৎপা তম্বীখিবা অঙাং পিশক ওইরিবৈদগী হৌনা ঐবু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নখিবা

মীশক অহুমদি ঐহাক নঙোন্দা তাকথোক্লরোই। তাকলুদনা করিঁবু কান্নগনি। ঐগী লাইবক্তা স্নম থোকউ তমগ্রবননি। ঐগী পুন্সীনি কাখৎপা ওন্নরোইদবা নোরোক্কী কোম অমদা পুৎথগ্রবনি। হৌজিক্তি ঐ কনামতবু ঝারৌদ্রে। ঝারৌফমস্নু থোক্তে।

গোপাল! ইপুরোক্কী সেবা মতোল লোমনা ফংবা ওইয়ুকো। ইবুংঙো! মমা মপানা থৌওইবীদ্রবা ইচানি তেকত কায়দনা পানবা ওইয়ুকো। নওগী য়াইফনবা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা নিজরি। ঈশ্বরবু খুরুমজরি। মতম পুমনমক্তা তাইবং শেম্বীবা মপুবু কাউগনুকো। ইমাগী ইবুংঙো।

লক্ষ্মী

গোপা—অংকল মসি ইমানা ইরম্বনিকো। মান্নি ইমাই মপুৎনি। মান্নি মান্নি।

অব—গোপাল! নঙনা ঐবু ভৎতনা থাজদে হায়বদো সে য়েংঙো। ঐদি পুথোক্লরোই খনবনি। অহুবু নঙনা থাজনবা খবন্নদা ফোঙখিবা নমানা এক্সিদেন্ট থোকখিবগী দৃশ্যচুনি সে য়েংঙো সে।

গোপা—অংকল। অংকল নঙদি ইমা পুবিন্নকপ্রা হায়ববু ইমাগী মহুৎতা খবর কাগোজ ওইনা পুবিন্নক্লবকো।

অব—গোপাল!

গোপা—ইমা! নচাগী আশা কায়রেদো। ইমা লাকখিনি পাজি শিগ্রস্নু ইমা লাকখিনী, ইমানা ঐবু কোনবিন্নখিনি হায়না খল্লম্বা পুম্বা উৎ ওইরবা। অংকল! মমা মপা অনীমক শিগ্রবা গোপাল করম্না হিংঙু হায়রিবনো? তাইবংসিদা করম্না হিংঙু হায়রিবনো? খুম্মো অংকল খুম্মো।

অব—গোপাল ! নঙ ঐবু থাজরব্রা ?

গোপা—ইপুবোক ! নঙগী খনবদ্রা নঙস্ু হন্নুবা হেনজিল্লক্লবনিনে নোংমা নোংমগী ; মপী কায়নরবা শন্নাওগুম চেন চোংহুনা থিবা ফংলরোইদবা মমা খিবগুম, কৌবদা খুম্নরোইদবা ইমাবু ঐনা ইমা ইমা হায়না কৌহুনা লৈরিবসে লাই-রৈবাক্কী নমিৎ লাওনা পাংথোক্কুনা অমুক্তা য়েংথরকও ইমা ।

অব—গোপাল !

গোপা—মপী মপা লৈত্রবা গোপালগীদি মপুবোক হন্নবা নত্তনা কনা লৈত্রে । ইপুবোক ! সংসারসিদা কনামতা লৈত্রে ইপুবোক নত্তনা । হো ইপুবোক !

(ওসাই মথৈ হোটেলগী বেঞ্চ অমদা ফমহুনা গোপালগা অবতারগা ওাংনবদো তুমিন্না তাবন্মী খুদৈ মচনা মপি তৈথোক তৈথোক্কুনা তফাজাওদো। গোপালগী অকোনবগী ইপুবোক কৌরকপদগীদি মহাক ফমহুনা লৈবা ওমত্রমাল্লে হৌগৎকুনা)

তম—গোপাল। ইপু লৈরিনে। নঙ করিগী বাবগেনে? ইপু লৈরি।

গোপা—ইপুবোক ! (মশু মপু কৌরহুনা কপম্নিরবা)

তম—করিমতা নুংইতবা তৌগনু ইপু লৈরি নঙগী মাং বাৎকনি । ইপু লৈরিসিদি।

গোপা—অংকল, ইপুবোক ... ... লৈরিরবা।



# অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মুজা ফিদম (রারী) | ১৯৫৭ |
| ২। | লৈমারোল (অখোম্বা রারী) | ১৯৫৮ |
| ৩। | খোর্জ্জেগী মঙলান (শৈরেং) | ১৯৮৩ |
| ৪। | পলেম লৈপাকলৈমা (রারী মচা) | ১৯৮৪ |
| ৫। | লাংলেন থাদোই (মমি কুমহৈ) | ১৯৮৪ |
| ৬। | লোইজীং লোইয়া শৈরেংলৈ (শৈরেং) | ১৯৮৪ |
| ৭। | থিংঙেল লাইজা ঈরাওখোল (শৈরেং) | ১৯৮৪ |
| ৮। | ইমা খুল্লাকপীগী নোঙ্গাংহৈদো (লীলা মচা) | ১৯৯০ |
| ৯। | মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো (লীলা) | ১৯৯০ |
| ১০। | অবোক্কী মঙলান (লীলা) | ১৯৯০ |
| ১১। | হাওইকো হৈখা হাওইকো হৈয়েন (লীলা) | ১৯৯০ |
| ১২। | মহালক্ষ্মীগী খুংপায়শেল (লীলা) | ১৯৯০ |
| ১৩। | কবোক ওইখিবী কবোকলৈ (লীলা) | ১৯৯০ |
| ১৪। | মুরা য়াইথিং কোম্নু (লীলা) | ১৯৯০ |